# পাউরৌ পাউতাক অখোম্বা।



## (অ)

অকনবনা অচুম্বা, পুক্ককংবনা শানোয়বা শকই।

[ অচুম্বা নিয়ম ঙাক্পা চৎনবা ]

অকুৎপদা লৈতোবা অতোওবদা লৈথোনবা।

[ কত্রবা মকমদা হেন্না ফত্তবা ১সুং অকবা মকমদা হেন্না ফননবা তোবা ]

অকোকপদা কোয়েক মাঙবা।

[ মাংফম তাফম চাদবা মকমদা পোৎচৈ মাঙবা ]

অঙাওবনা ফোশুবা চরা নোংখৈ।

[ অঙাওব ১সুং অঙাংনা ঙাওহুনা তোবা থবক কম্নিঙবদা কান্নবা য়াওই ]

অঙাওবা ময়ুম পানবীনু অপঙবা লৌশিং তাকনু।

[ অঙাওবা অমদি অপঙবা মীশিংদগী ফনবা তোবা থবক অমু অয়াবদা ফত্তবনি লৌগল্লি ]

অঙাওবা মশেন পোনবা।

[ বাথল অমসুং লিচৎ শাজৎ য়ামবা মী মশেন তোৎন-ভিমৈ ]

অঙাংদি নিঙথাদা থঙই।

[ মী অমগী তুংদা ওইরগদবা অক-ফত্তগী থকওং অঙাং ওইরিঙৈগী চাকচা ফমফমনচিংবদগী থমনথৈ থঙই।]

অঙাংনা য়ুম মৈ থাবা চাক্তবরা?

[ অঙাং অমসুং খঙদবনা ভৌক্নবা ফত্তবা থবক্তী কন খঙদ্রিবনি হায়গ্রনা কংদনা ভোংক্ত ]

অঙাংনা মৈ কিদবা।

[ পোংকী মগুণ খঙদ্রিবনা, পায়বা য়াবা য়াদবনচিংবা হঙদনা থবক ভৌবা ]

অঙাং হায়বসি শন মমৈনি।

[অঙাংনা ভুমিগ্না লৈবা পামদে, মহৈম লৈবা খিবিক্তা কেঙ ৎংপা পাময়ি।]

অচঙবা মী ঙাঙনগন্ত।

[ইনাক্তা লৈতে হায়হুনা হিংলিবা মী অমগী মরমদা ফত্তবা বা ঙাঙনগন্ত।]

অচাকপা মৈদা ঘী হৈবা।

[ শাওরিবৈঙৈদা কেয়্রা শাওবা য়াবা বানচিংবা হায়জিন ঙাংশিনবা ]

অচেনবস্ন চয়োম অতানবস্ত চয়োম।

[ অমগা অমগা থৎনবা ৯ত্রগা নুক্নববদি শেল অমসুং মঙম মাংখিমৈ।]

অতিঙবা শম কোক্তবা হৌনদে।

[ শোয়দনা ভৌদবা য়াদ্রবা থবক ]

অভোনবাঁনা ফি ফৌবদি ফদিগোম মকা তাই।

[ ওক্তবা অমদি ভাব তাদবা নিপানা মাগী নুপীশিংগী মঙুংদা অভোনবান। ভৌবা থবক্রা অকবনি থল্লি।]

অনম কল্লগা মাইবাঁ চঙই; শায়বা কল্লগা ওইনম্মী। থাঙবা কল্লগা ফমেন ফংই।

[ অরাবা অমদি মাইখিবা কংলবা থবক অদু হয়া-হয়া হোৎনরবদি পুক্নিংগী অপাম্বা অদু কংই ।]

অনাবা খাডেল্লগা মাইবা কৌবা ।

[ শেমজিন শাজিনবা অমসুং কনবা হোৎনবা য়াবগী মতম হেনগ্রবদা পোৎ অদুগী কনবা অমসুং শেমজিন শাজিন্নবা থক্লকপা ]

অনিদ চাবদা চাথুম অহুম থোকপা ।

[ অনি তিন্নহুনা ভোবা থবক্তা পুকেচেল হিন্নদহুনা ভোডান ভোডানবা মওংদা থবক চথনবা ]

অনি কোন্নরবদি অমা তুব মশিন্নি ।

[অনি চাংয়েংনরবদি অমনা মাইখিব অমনা জয় ওইবা কৌনশানি ।

অনৌবা হোদোকপনা চংনবাগী মমানি ।

[ চৎনবী কয়া কৈরিব অসি অনৌবা হোদোকখিবা হিরমশিংনা পোকখিবনি ]

অপঙবা মরুপতি য়েক্নবনি ।

[ ঐগী অনিঙবা অমসুং অপাম্বা থবক অদুগী মরম মুন্না খংবা ঙমদনুনা, অপঙবা মরুপনা পাংবীনহুনা হৌরকপা থবকশিং ঐগী অপাম্বগী ওন্নবদা ভোঁই ।]

অপঙবনা লান্দা থোই ।

[মৈ মগুন খঙদ্রিবা অঙাংনা উচং থোনা মৈ পান্নবগুম শোয়বা য়াবা থবকসু অপঙবনা উচঙ থোই ]

অপঙবগী মরল অশিংবনা চাই ।

[ মাং তুংদা থোকখিবা অমসুং ওইরগদবা থঙবা উবা ঙমদবা মীগী মরল অমদি অরাধন্দি অশিংবনা চাহ ]

অমা চংপা অপুম্বা, অনি চংপা অশিবা, অহুম চংপা অহিংবা।

[ লংঙৈ চংপদা মী অহুম চংলবদি খুদোং চায় ]

অমুক্তং খুখিখ্রবদি তুং কাওবা থোই।

[ অমুক্তা খুদোংচীবা নংগ্রবা থবক অদু অমুক তৌনিংঙ্গে ]

অমেংপদা জাং তাব।

[ তৌনিং চানিংবনা মাং থাদুনা কয়িসু লৈতবা লোৎ অমগীদমক ইশাগা ইবাই খুয়বা মাঙনবা ]

অমোংপদি লাইগুংগী মমানি।

[লাইথুং লাইনা অয়াবা অমোৎপনা শন্দেংকপনি ]

অয়ুক্তা হৌবা নোংগুম্বা।

[ থবক তৌবদা মকম মতম চায় চাদে য়েংদনা হেক্তা তৌশিনবা মথাদি তাদবা ]

অরানবা অমা চুন্নবা হোংনবদা অচুম্বা কয়া মাঙই।

[কায়বা অমগীদমক অয়ানবা অমা ফুমদুনা চেথিবা থবক অচুমদা, মৈবু কিনা কুপ্পনা থবা য়াদবগুম অয়ানবা অদু মশক খঙনয়ক্কবদা মদু চুমথোক্কব হোৎনবদা মমাংদা তৌথিবা অচুম্বা ময়ম কয়াসু মাঙই অমসুং লাল্লকই ]

অয়ানবা থবক তৌবা উয়গা তুমিন্না য়েংলিবতু ফক্লাংদা থেংপা লাইগুম্বনি।

[ অয়ানবা মশক নুমা খঙলবনা, লায়া থবক তৌয়বু চুমথোক-পিগনি ; নত্তদুনা য়েংদুনা লৈয়বদি মশামক অয়েকপা লাইগুবনি।]

অরীকপগী মরল সুম্না চাই।

[ কা হেন্না লিকপা মীগী মপোক্তি অয়েবদা শিজিনবা য়াদনা মাজল্লি।]

অরুম অপুম্বগা শোইজিন অহাবগা।

[ ফত্তহনা নৈবিহৈদা হেন্না ফত্তনবা থবক তৌবা ]

অরেম্বা ৱানা শঙ্গোল শাবা।

[ওইথোকপা য়ারোইদবা থবক্তী মরমদা অরেম্বদা অওইবা শাহনা মতম মাংনা ওাউবা শানবা ]

অৱা মচা লেম্না মাঙদে নারগা হিংদে।

[ নোম্বা কনবা মী লেম্না মাংদে, নারগা থুদোং থীগনি অমসুং পুক্নিগদে ।]

অশম্বা লম্বী চংপা গুরু শিবা নংদে।

[ থবক তৌবদা য়াম্না থুনা লোইনিহনা শন্না অমসুং লায়থোক্না তোংনরবদি থংক্তী পম্মৈকম অদু য়েংদনা হরামদা অমসুং মতম মাহনা তোক্লি ।]

অশিবা শেল চাও অচংবা শেল চারুম্মু।

[ ওইরবা থিত্বীবনি অমসুং পামজিবনি কায়হনা মীগী মরুক লুংগাই-রোইদবা পোৎ অমসুং শেল লৌরগনি ]

অহনগী মথিনা চক্ফু মেল্লি।

[ চেকশিনরুবা মতমদা অহনগী ফাবর্শিলো হায়বা ৱানা অচুম্বা অমসুং অকবা ওইরকই ।]

(আ)

আচমন্দগী শংপা।

[ শোইদনা কংলগনি থম্বা পোৎ অদু থওহোদনা মাওাথবা ]

## ই।

ইরম শন চাদেনবা মীরন শন চীশাংবা।

[ ঊশাগী অমদি ইরমগী পোৎপুদি মীগী অমদি মীরমগী পোৎনা ফেন্না কৈ খনবা ]

ইরোই ব্রাইনবা, মতৈ-মনাও খংনবা থাম্মুনু।

[ মতৈ-মনাও খংনবদা হাক্ক মিচঃ-শক্লদ নাইহনা থাম্নুগন্থ, মখোয়দি অঙুক অমত্তা ওইখিবী, থাম্নুবনা, অমা নত্রগা অমগী মেক্লবা ওইনা লৌখিনি ]

ইরোইনা লৈওল্লগা হাওনা তৈ।

[ কত্তবা মী অমনা ভেক্লবা কত্তবা থবকী মথৈ অহু মনাক্তা লৈরবা মীশিংহুম্ভ কংই ]

ইনাক থুনবা তরানা লাঙ্গিরবা অমা শোগৎপা ঙমদে।

[ লাঙ্গিরবা হাবরা অসি মহোশানা অরাংৎপভনা থম্না লৈ, মহু মেনশিন্নবা মী খরনা মতেং পীবনদি অনিভবহু থুংহনবা ঙমদে।]

ইরোই মচিদা থোইদিং থম্বা।

[ শোইবদা নমনা লৈরবা থবক

ইরেল অরুবদা ঙা তুঙবনি।

[ মীয়োক মীচান কৈবা মীগী মী ব্রাত্তে)

ইৎল ইৎলগা চন্দোনজৈ তাই।

[পহুংকম খঙদনা ভৌবা থবক্তি অরেবদা কান্নকন খঙদে।]

## (ঈ)

ঈখুং লাম্থোক্লগা মীখুং লাম্থোকই।

[ মীগী মতেং পাংনুরবদি ঐগীসু ঈতেং পাংথিরৈ ]

ঈচা ফত্তবা চাওবা ঙাইবা, ইব্রা ফত্তবা শিবা ঙাইবা।

[ ঈচা ঈব্রা ফত্রবসু শিনবা য়াদে অমসুং শিনকদে, মথোয়দু কনবা হোৎনবা অমসুং নিংবনা তৌকম থোকপা ধর্ম্মনি।]

ঈনাকখুনবা মচা কোৌশুব, তম্মু লায়রবা মচা শগোল তোঙবা তম্মু।

(মৌওইবনা তুংদা ওইরগদবা ফিবম তশেংনবক থঙবা ওমদে; ঈনাক খুনবসু লাইরবসু অব্রা কুঙাইবগী ববক থর থর থঙজিন হৈজিনগদবনি।]

ঈপা ঈপুনা কারম্বা হাওদা কাও।

[ ঐগী জাতিগী ওইরা অমসুং ঈপা ঈপুনা তররবা শিনকম অদু ঙমাওবা থোক্ত্রবদি অদুমক তৌগদবনি ]

ঈবুঙ কৈরোই ইপ্পা লৈকাই।

[মুংশিনত্রবদি ঈপা ইমা অমত্তগী মচা ওইরবসু কৈরোই লৈকাইগী মীওবনি ]

ঈমা শিগনি থঙলম্লবদি শগোন লৈহুনা তোংলমগদবু।

[নিংজবা অমা খুংনবা হোৎনবদা শেন কয়া তিংত্রগা নিঙবা কাইরে; মাংখিবা শেল্লনচিংবদু পাম্নুরকপা অমসুং নিঙমদবা কোংদোকপা ]

ঈমাগীদি নিংথৌরেল, নিংথৌগীদি, শজিকলোঈ।

[ লৈবাক নিংথৌগী কাদা করিসু লৈত্রবা মীচম অমা ওইবরসু

মমা মপাগী মকমদদি মচা তায়বসি নিংথৌরেলগুম থল্লি।]

ঈমা শিবা ফক্লোংনা কুপ্পুনা থম্বা কাল।

[মতম নাইবা অচিনবা থবক্তা; চৎনবীগী মথা পোনবা থবক কয়া লায়খোকপা মতম।]

ঈরাক্লরবা মীনা মনাক্তা লৈরম্বা উনাতম্মু লাম্মী।

[শিব তারক্লবদি অচুম অরানগী ব্রাথল থোয়না তৌক্লদে, থব্রাই হিংগত্র নিংব থবক অদু হেক্তা তৌই।]

ইরিগা এঙ্গাংগা (এন্সমগা) তিন্নবা।

[ইথা থাবোক্লবা মুনা তিন্নবা]

ঈরুদনা হৈবী তৈবা।

[কেনিগুঙী নারিঙৌ হায়দুনা মকম অমম্বুং মতম রংদনা তৌবা থবক।]

ঈরুনিঙবগা থোং ভেকপগা মান্নবা।

[পুক্লিংনা পামদ্রুনা লৈবক্লবা থবক অদু থড়হৌদনা পাংথোকপা য়ানবগী মরম কংবা]

ঈরোইবা মপা থুংবা ভমদে।

[অপাম্বা হায়বসি হেক নিঙভক নিঙভকপদা থুংবা ভইথোক্তে।]

ঈরোইবা হৈবপা হৈতমগা ঈরাকমিন্নবা।

[অথঙবগা থঙদবগা তৌমিন্নবা থবক্তা থঙদবা মীনা থঙদনা তৌকবগী তারকপা অবাবা অদু অথঙবা মীম্ম য়াঙবা]

ঈশানা থাকপা লাংদ ঈশানা থুবা।

[ঈশানা তৌব ফত্তবা থবক্তী মহৈ ঈশানা কংবা]

ঈশিং থন্দবা পুন্দি মখোন থোকই।

[ থরদং থঙ হৈব মীদি য়ায়া থঙ হৈব-শানিংহুনা নাপন তোই অমসুং বা য়ায়া ঙাঙই ] .

ঈশিং শায়হুত্না য়োৎপা।

[ য়ায়া কেথোকপা ]

ঈশিং মমুংদা ঙানপ্না মথী ফায়বা উবা।

[থঙহৎন উহন্দনা তোব থবক য়ায়া থঙগন উগনবা [

ঈশিংদা থাঙনা য়ানবা মমি নৈবা হৌনদে।

[ থবক কয়া তোপ্রবসু তৌথি হায়বগী থুদম নৈতবা ]

ঈশিংগী ঈচেলগুম মীওইবগী পুকচেনসু চেনগদবনী।

[ ঈশিংনা অরুবা অমোৎপা অনিয়কপু পুথহুনা চেহ্নে অংগুমা পুক্সি ঈ:চনসু অক-ফত্ত অনিবু মায়না চেম্বা ঙম্বা হেৎ গদবনি।

ঈশিংপদবু ঙাতাংবনি ব্রাঙাঙবদা ব্রা ভাঙবা হৌনদে।

[ ঈশিংপদা ঙাতাঙবদি ঙা ফংই, মরম চাদনা মীর্রা ঙাংনবদা র্রা পাংবদি চোম্না নঙই ]

## (উ)

উগা মরূপ ওইবদগী য়োৎপী ঈশিংদা তাউই।

[ অথঙ অহৈশিংগা ভিন্নরবদি ফত্তবা অমসুং অপঙবা মীসু অকবা ওইরকই।]

উচেক অচৌবনা চাউনা অপিকপনা পিক্কা মহুম শাই।

[ ঈশানা তোবঙব শক্তি অদ্ভুত য়েংহুনা ঈশাগী বৈভব শেঙমগনি ]

উজাও ভূবদা উনাউ চেন্নবা।

[ পুন্না থবক তৌমিন্নবা মকন অমদা অদোবা মী অমগী ফত্তবা খৌদোক খাক্লবদি মাগী মথাদা লৈব মী চেন্নদ্রি ]

উদ কোক ৱাদ কাক।

[ নাকল অনিমক খাউগদবতা হায়রিক্লমুনা থৎননবা শিনবা ]

উনা-উনা থীনেৎপা।

[ থত্তনা গত্তনা ফত্তবা থবক তৌবা ]

উরিবু উনৌনা পুল্লি।

[পাঙল-লৌশিং শোল্বরকবা অহনশিংবু পাঙল কল্লক্লিবা অমম্সুং লৌশিং শিংবা মহায়োলশিংনা হৌরম থুদিংদা থাদে কদনা থবক তৌই ]

উরোক লাংথাকপগুম তৌব থবক।

[ চোক্তশিন্না তৌদবা থবক ]

উ-রাগী মথা থাবদবু পংপনি মীগী মথা থাবদি পত্তবনী।

[ মী থুদিংমক উথক খোঙবনি থনবদা খোইনা ফত্তবা ওইরোই ]

উহৈ য়াম্না পানবা উদি মক্ল লুকপনি।

[ য়াম্না থত্ত হৈবা মীদি নোম্লকই ]

উ লৈতবা লমদা কেগেনা য়ুম্বী ওই।

[ অহৈ অশিং লৈতবা মফমদা থরদং থত্ত হৈবনা থবক ওয়বা হোৎনৈ।]

(উ)

উচি চাকহোন।

[ মশাগী তৌবা ওবা শক্তি শিজিন্নদনা পোৎচৈ পুবা থাহবদা [ থক্তিক থক্তিকং পুবা।]

উচি কল্লক্লুনা ময়ুম মৈ থাবা।

[ পেম্ববা অমগীদমক মশাগী ওইজ ওইথক অমসুং পোৎচৈ কয়া মাংহনবা ]

উচুও অমুবদা খে-তৈবা।

[ কজনবা কয়া হোৎনবদা হোৎনবগী মহৈ য়ানে খঙদবা]

উতিন্না মোরোক চেনবা।

[ মশাগা চুনদবা অমসুং চানদবা থবক ভোৗবা ]

উত্ত ঘী হৈবা।

[ মহৈ য়াল্লোইদবা থবক ভৌবা ]

উত্ত তুরগা ৱাইদা হৌগৎপা।

[ হোৎনজবগী মহৈ মাঙখ্রগা হান্নগী হৌরককমদগী নৌনা অমুক হোগৎপা।]

উখুল অহোবদা পাউজেনবা।

[ পাউথুব হল্লক্রোইদবা মকমদা পাউজেনবা ]

উরেংগা উরেংগা তেন্নৱাগা তেন্নৱাগা তিৱৈ।

[ লিচৎ শাজং অমসুং চাকচা বুথক য়াৱবা মখেন তিৱৈ।]

## ( এ )

এন্নথা পাউদাবী শাইজিন পোল্লিবী।

[ লোয় মীয়ৎ নায়ৎ য়েংহনা মীগী পাউ লৌবা।]

ঐ-নঙ-মা অহুম্বুবু অমত্তা ওইনা উরববু মুক্তি ফংলবা কৌই।

[জীব খুদিংমকপু ইশাগী মায়না থনবা ওয়হুনা থবক তৌরবদি শংসারগী অকা অপুম্বা মাবু অনুক পুনবা ওয়ম্রে।]

ঐনা ফরবদি জগৎনম্ব ফরবনি।

[মীওইবনা অফবা থবক কয়া থওই। অহুবু কল্লি করিগুম্বদা ইশাগী অপাম্বা অমসুং ওইজবা য়েংবগী খঙজিব অহুগী ওরবদা থবক তৌই। মত্তু নত্রবদি ঐনা তৌবা থবক অয়াম্বা অফবতদা শংথানগদবনি।]

ঐনা তৌবনা ঐনা মীনা তৌবনা মীনা ফংবা।

[ইশা ইশানা তৌবা থবকী মহৈদি ওগ্না নত্রগা থুনা ইশানা খোয়দনা ফংই]

# (ও)

ওইনশিন্নরগা পোং য়াংবা।

[মাথিমহুনা থবক তৌমিন্নব মতমদা অনগা শাউশিন্নহুনা মাগী তৌকম খোঙবা থবক মীনা তৌননবা হোংবা]

ওঈনা কেবা।

[মশাগী শাওং শাদ নাতৈ চায়-চাদে য়েংদনা ফিজেৎ লৈংতংবা]

ওঈনা তৌবা থবক য়েংনা থাজদবা।

[অহোম্না মীদি থমগ্রুনা ঈশানা ঈশাবু থাজদবা]

ওক চাকচা য়েন য়াংিপ।

[য়াংিপ চাকচা কজদবা]

ওকচিন্দা পাম্বাবা শনজিন্দা জৌউবা।

[মকম অহুগা চাম্নদবা অমদি মহৈ ফংবা য়াবোইদবা থবক তৌবা।]

ওক-না নিল্লগা লমহুইনা মনা থাবা।

[অপঙবনা ভৌবনা থবকী মহৈ অণিংবনা মনা কৎব।]
ওক্না ভেম্না থাবা।
[ মাম্না শ.উগনবা অমসুং পাউবিবদা হেম্না পাউনবা ভৌবা থবক ]

( ঔ )

ঔম্নাইবদা কাম্নদবদি জুম্নাবদনী।
[ হৈনবা হোৎনবা ছৌরম খুদিংমক ঔম্নাইবনা থবক অম্নদা হেম্না কনৎনবগী লৰী ওই অদুবু জুম্নাবদি অগ্গৰী মতৌক ঔইম্নাইবগী ঊপাগী ইকাইখুম্নবা অমসুং লন মাঙনবা লৰী ওই ]

( ক )

কক্না মপাম্না সনা থাঙবা।
[ মমল খোইনা ভিংবনা পোৎনা মমল যাম্না চঙবা পোৎকী মহৎ শিন্দুবা হৈতেংবা।]
কম্নগা নোকপগা মচীন মনাওনী।
[কম্না অমসুং নোকপা অনিসি অৰা-চুংঙাই অনিগী শকলোম্নী। মখোম্ন অনি অসি থানদবা মচীন মনাওম্না মীওইবনা খুন্দিগী লৰীদা থংনা থংনা থেংনৈ।]
করোঙগা ঈথমগা য়েঙ্গাং লাম্নবা।
[হেক ওইখোকপা যাম্নোইদবা থবক অনি হেম্নিম্না নক্নবা মম্নী থম্নবা হোৎনবা।]

কলিদা খুদৈ কংত্রবনী।

[মীগী ফত্তবা মওংমত্তৌ য়েংহুনা নোকবঃ ঊপাদস ঊকুইকুইদনা ঊপাদস্ন কন্দবা থোক্নী।]

কলিদা শক ফজবা পাপনি।

[মশক ফজবা ফজবীগী ফজবা মওন অদু, ফজবদু দুনা হৌত্রব-শিংগী মরক্তা থাম্‌দনবা ভাক্‌না থবা থাম্বসি ওইথোক্তে; পাপকী মশকনী।]

কল্লক মাঙদ চাংদাবা ইকাইমাঙদ হোরংপা।

[ফত্তবা থৌদোক থোকপা উহন-থক্তহন্নিংদবা মীগী মমাঙদা ঊপাগী ফত্তবা থৌদোক থোকপা।]

কাঙ চাকচা য়াখুন নাইদবা।

[ হায়বা, ত্তোবা য়াবা য়াদবা থবকনী থিদনঃ মা-মাগী অনিভাঙ্গতা পঙভাং ভাংবা পঙংত্তৌ ত্তোনবা থবক।]

কাঙখপাঙ।

[ ফনা থঙ-কৈত্তনস্নু থবক হৌথোরক্ত্‌বা অমসুং কাম্রত্রবা মী।]

কাবা মত্তোন লোম্নগা কুপ্না নাইবনি।

[ কন্নে, হৈয়ে অমসুং ওমলে হায়না নাপল য়ায়া ত্তোক্লবদি ঐনা ত্তোবা ওবগী চাং অদু য়োবগা অনক হহবা তারকই; মওম অদুদা ঊপাগী ঊকাই থুম্নবা মাঙভকই।]

কালৈ পেংলাঙ হঙোই থোরাং।

[ মিতথীবা অমদি চাকশিঙ্গা ত্তোদবা থবক ]

কুশ্মেদা পানবা তুম্বা।

[মসুং মতম চাদনা ত্তোবিবা থবকী মহৈদি মওং মরীন চুমদে ]

কুমৈ য়েংবা লাল্লোইনবা।

[মিয়াম তিন্দুনা কুমৈ য়েংবদা থুদোং থিবা নত্তবা মত্রগা কুন চৈনবা থোকপা]

কৈ লৈবা মকমদা মুমিং তাবা।

[খ্বাইনা কিনবা মকমদা অনুক্তা থুদোং থীবা থোকপা।]

কৈ কিহুনা চেল্লগা শওম ওক্রবা।

[থুদোং থীবা অমা কিহুনা চংলগা হেম্না থুদোংথীব অময়ুক থেংনবা]

কৈগী মপান নাপীনা তাং নাপীগী মপান কৈনা তাং।

[অমনা অমগী মতেং পাংনবদগী নাকল অনিমক্তী অথবা ওইবা]

কৈ অতিংবদা উচি চত্তবা।

কায়বা ফংলরোইদৌবা মকমদা থবক তৌবা]

কৈস্থু কি মথীস্থু কি।

[থবক তৌবগী মহৈদি ফংনিংবা অদুগা থবক তৌবস্থু কিব তৌত্রবস্থু করি থোক্লমদগে থনবা]

কৈনা ময়েক মাঙব্রা।

[মশানা কহুনা লৈরবা পোং নত্রগা মীদা, কহুনবা নত্রগা মাঙনবা কয়া হোংনরবস্থু মাঙহনবা য়াত্রবা।]

কৈনা ময়া হন্দোক্কুনা চংপা হৌনদে।

[মহাক মহাক্তী হৈনবা অমসুং মশা করবা নত্রগা কারবা থবক্তা চত্তবা পোংলম হন্দোক্কুনা চংপা হৌনদে।]

কৈনা তোকপা পোকপা হৌনদে।

[অকবা মক্লনা ফত্তবা পাবৌ তৌবা হৌনদে নত্রগা মক্লীল লৈবা, খোনা কবা মীমা কিগনবা মচা পোক্কবা।]

কৈ মচা চাউনবা য়োক্লগা চাউরগা মপূ চায়।

[মপানা ফত্রবা মী অদুদি, ফননবা কয়া হোৎনবিয়বসু মথৈদা হোৎনরিবা মী অহুগী মাঙনব। তৌয়কই।]

কোঞ্জেং কোকফাইনা নোম্বনথৈ নোম্নগা মনঙ্গন্দা মক্কম থুই।

[থবক নোঙমথৈ নোম্নগা কায়বা ফংবদি লায়যঙনা মপাগী তেমঙব থাইচিনবা থোকপা।]

কোম্লুংগী নিংথেমনুবি অমত্তা কৈনা চানা হৌনদে।

[চেকশিন্না ঙাক-শেন্দুনা লৈবা মকমদা থুদোং থীবা অমসুং অশোয়বা থোকপা হৌনদে।]

কোফু মনিঙদা খুজীন্না শিকপা।

[হোৎনবগী মহৈ ফংদরোইদবা থবক।]

কোফু য়োম্থোক্লগা তুম্বা লেপ্পা।

[অকথবু মাঙহনথ্রগা ফত্তবা থম্বা হোৎনবা]

কা মতপ অমনা চীন পৈ।

[পুকচেল শেংনবু পীল পীথক্লবদি মমল লায়বা অচথা পোৎনমু পেনবী।]

কাক ফৌ চাদবনা ফৌ চারুবদা মথা শেপায়।

[মপানা হৈনদবা থবক তৌব্বদা থুদোং থীবা লৎবা।]

কাকনি কোকিলনি বসন্ত য়ৌরগা খঙই।

[অক-ফত্ত অমসুং অহৈ-হৈত্ত চাং য়েংনরবত্তদা খঙই।]

কাক্কা শাইরোংগা।

[ অমগা অমগা উনবা য়াদবা অনম্বুং য়েংথিনবা ]

( খ )

খঙ্দ্রবদি তুমিন লৈবনা শনানি।

[ ঐনা নিংথিনা খঙদ্রবা হীরমদা য়াম্না ভাথেবুদি তুমিন্না তাবনা হেন্না লেম্বই।]

খরুঙ মখম চাদবা।

[খবক তৌবদা পল্লেপকম খঙদবা ]

খল্ল খল্লগা কোইজোম্ন ওইক্লে।

[ হন্না চন্না তৌব থবক্তা কন্তবা থোক্লকপা।]

খাঙবা কল্লগা ফমেন ফংই।

[ অরাবা অমম্বুং খণাওবা খাঙহনা থবক তৌব মীতনা অকবা অমদি চাওখৎপা ফংবা ঙম্মী।]

খাণ্ডবু লম মাপল শাংববু মচীন মৈনূবদা ঙাইরি।

[মতম শাংনা হুইনা তৌগদবা থবক হৌগৎলকপদা ঙাইরীবা।]

খীক্লোয় অমত্তনা চাংদম্বা লাংনা অমত্তনা পাদম্বা।

[ অমগা অমগা লাচৎ খাজৎনচিংবা চপ মান্নবা ]

খুজাই মপুনা ফাদোপ তাই।

[ অচুবনা অয়ানবা ওইনা খোকথিহনা অয়ানবা মীগী মহুত্তা হণ্ডি ফংবা।]

খুমুগী মখোঙদা শম্না লৌবা।

[থবক তৌবদা অকা অপুনবশুম হেক হেক থোকপা অমসুং কৈথেল শিংদুমদবা ]

খুম্না মথোঙ্ডনা কল্লি

[ থবক তৌবদা মাগী মাগী অমদা চাউনব ]

খুয় থোংবশুন পানব।

[ মাগী কনাগুম লৈজদনা পানবা ]

খুম্বং কোকাই।

[ মমা টৈগী অরোবা লোনচৎ শাক্ত ]

খুং হৈবনা খুংনা চাঁন হৈবনা চাঁম চায়।

[ মশা মশানা হৈনজবা থবক্তা পুন্সি লেপ্রবা হোৎনজবা ]

খুংকী খুঙ্গীবু মিংশেলগী মথে লেপ্রা?

[ ঊশানা থঙ্গলবা অমসুং উরবা অশোয়বা চুমথোক্নবা কোৎনবা মীগী পাউতাক ভাইগপ্রা ?]

খুত্ত পাগবা ঈতাওগী মাদ ঙকপা ইচাগী কুং লাউবনা এগাক্কী।

[ থবক্তা ঈশা নত্তনা অহোমবু থাজবা ছমগ্রব অমসুং ঊপানা পাবশিনহোমগা লোইরে থনবা।]

খুত্তম্ব খুবা খুনাও নাই।

[ পুৎনা তৌবা থবক্চিংবদা অমগা অমগা চপ মাম্নবা চুমদবা।]

খুং ফত্তবদা শেনাপতি ওইবা।

[মীচং কত্তবদা লুচিংবা ওইবা ]

খুনাক নাম্ভা খুবা মথোন থোকপা হৌনদে।

[ অমনা অমগী মতেং পাংনম্নবতদা থবক' নিংগীন' পাঙথোকই ]

খূবাক মায়াইদা শগুন তৌবা।

[ ঈহাং হাংবা মকমদা হূমান চৌহ্নীগী থবক তৌবা ]

খূবাক ময়িদগী হৌবা।

[ য়ায়া ঋংবা কয়িহু লৈজদবদগী থবক তৌবা হৌয়কপা।]

খুঞ্জিন্দা ভুমজংবা কাঙখদা লিনচঙবা।

[ পূক্তিঙলা চংডাইকম ঊরৈ লৈতবা থবক ]

খূরক্কী ঈনা লাই শাবা।

[ ঐগী ঐগী মীমক্তা ঐগী কত্তনবা থবক তৌবা।]

খূরাঈগী দৈকুব অমগা য়াংথৈগী শন হূরানবা অমগা মাগ্নৈ।

[ অতৈ লমগী ওকথিক্লবা অত্তাওবা অমগা পূয়াঙগী লাইনিং লথোদা চঙনবা মী অমনা ভাংবগা মাগ্নৈ।]

খেরাই হৌরবদি খেনম নম্বা হৌনৈ।

[ঈথক খোংবা, ফুবা চৈবা ঙবা লৈ থত্তনা ঊথিত্তহুনা কা হেয়া হেদোই হৌযাউ কাক্লবদগী চৈ চাবা অমসুং মীচৈ তাবা ]

খোই মহুন্দা চৈনা থিনবা।

[য়ায়া মহুংডাউবা, শাউগনবা কাত্তবুদা থৎনবা তৌরবা ]

খোংজাইদা পক্কোয়া পীজরগা কদায়দা পানবগে হংবা।

[থত্তদবা মীদা থত্তননবা তাকপা মথৈ তাক্লগা হেয়া পত্তথিনক্লবা ওয় তৈনবা বাহং কাজকপা।]

খোংবান অপীকপনা মীয়োবা।

[ফত্তবা তৌরকনি থন্দবা ইচম চমনী হায়না নিত্তবনা মীগী মাত্তনবা তৌদকপা ]

খোংদনা চীকপা।

[ ফরমগনি নিংথৌনা মতুংদা হেন্না কংলমদবা ]

খোক মংতোন ফীরান হাইবা।

[ থাম্না রু'না থাঙবা ]

খোঙ চোংলগা চীন চোংলী।

[ থবকপু লোয়নবদি অরামন মতৌ শংদম্নু চাবা ফংই ]

খোঙদা নারগা লরাইদা হীদাক তৌবা।

[ ওন্না তৈনবা মরম চাদনা থবক তৌবা ]

খোঙনা চংনা মংথিবা।

[ ঈপঃনা ঈপাগী মাঙনবা লম্বী থিবা ]

খোঙনা চংপা পেন্দ্রতুনা কোক্না চংশিন্না থনবা।

[ অচুম্বা অমসুং অকবা নিয়ম ঙাক্না চংপদা অৱাবা থরদং কংলকপদা অরানবা থবক তৌরগা কপদবা থনবা ]

খোঙাই শংলিঙৈদা যম্না রাই।

[ নিঙ্গাইদবদগী খুদোং থীব নংবা ]

খ্বাইরক্কন্দ কৈথেল কায়রগা করোঙদা পোং খোনা।

[ মফম অমদ ং থীবা মীয়ামগী ওইবা খোমোক অমা খোক্পা মতুংনী মিংদা অংঙামা মফম অমদা মপা মপাগী সুবীখা থীবা ]

গঙ্গা থকপা অঙাওবা জুরায় শাম্নবা হুরানবা।

[ গঙ্গা অমসুং যুগী অহৌবা থাক মৌরক্লবদি অঙাওবা অমসুং হুরানবা ওইরকই।]

গৌরমিঠাই মীশি।

[ মতম কুইনা নারগা নোংম নোংমগী শোন্থরক্লনা শিবা ।]

ঘড়ীগী মখোংদি পুন্সিগী লম্বীদা চংপা মতমগী খোঙথাঙনি।

[ অককনবা পুন্সিগী লম্বীদা চংলিবা মতমনা থাইহাক্তুদ্রু পোথাদে ; ঘড়ীগী মখোংদ অতুমক মানা চংপগী মখোয়মী মখোই পাঙথোকপা ভাগিবা মীওইবনা মুড়াইথোক্লনা লৈগদবা নত্তে।]

থৌ চানা সারমচি অমা অহিং তুমদবা সার মচি অমা।

[ অচাউ অদুম থানচাবা অঙবা চিঙ্গাক চাহুনা হকচাং কহনবা অতুননা মীওইবা অমগী ভাঙম থোকপা মখোই নত্তে, হকচাং কনবা তাংনবগা লোয়ননা মুক্তনা ঐনা থঙদ উড্রবতদা ঐগী মাংনবা তৌই ; মসিদু ঙাকথোকবা জ্ঞান লৈবা তাই ]

তুক য়োন্দনা সেনাপতি ফংবা হৌনদে।

[ থবক পাংথোকপা নত্রগা শিব হায়বা লিংজেন অদু চেন্না থবক তোব্রবদা মীকোক পোংবা ভুবা হৌনদে।]

ভুবা চাক উরোক চাক থত্তদবা।

[ মুপীগী থবকনি নীপাগী থবকনি থত্তদনা পড়াউ ভাউ পত্তপক শক্তবা ]

ভরাভদগী ভাবা।

[ অহনবিগী মরক্তা ( মকমদা ) নহা ।]

ভাখানা ভারেন হৌবা।

[ মতিক মপা চানদনা থবক তৌরবনা থবকী মইহ নিঙথিনা কংদবা ]

ভানা বা ভাঙগদবদা ঈশিংনা পনবা।

[ ঈশাগী অনিঙবা কোংদোকদবদা কনাগুবা মীগী অকায়বা লৈবা ]

ঙাসুগা খোংবানগা কাংঙগা পুম্নীগা।

[ মাগী মাগী লিচৎকা লানবা য়েংহুনা থবক তৌবা নত্রগা তিম্মবা]

ঙাক্রম নৈনেদা খুজিন্না শিকপা।

[ শেমগৎ শাগৎপা য়ারোইদবা মতমদা কনবা হোৎনবা ]

ঙাক্রমগীদমক হঙোইনা জামিন য়াবা।

[ মশাম্ভ হিংনবা তোৎনরবা মীগী অরা অনা করি অমত্তা য়েংত্রবা মীগীদমক ঊচম চধা তোয়রিংবা মীনা মাগী অশোয় অড়াবগী শরুক পুগে য়াঙবা ]

ঙারোই কারগা হঙোই চোংই।

[ মশা মশাগী ওইজবা অমস্তুং অপাঝা উদগতা হৌ হৌ চোংহনা থবক তৌনবা ]

## ( চ )

চগোম্ভা চন্দন লাম্বা।

[ মরম চাদনা অমদি ওম্ন কৈননা থবক তৌবা।

চজিক্কী ঈরী থাকপা।

[ কাময়োইদবা থবক্কীদমক মতম থাকপা, অমস্তুং ঙাইবা ]

চফুদি মী মুত্তে উয়ান্দি মী মুৎপনি।

[এক্কাং হাউনা চাপনবা মাদি লায়র তালি ]

চফু উয়ান্দস্তু কেংনৈ।

[ কুইনা তিম্মহুনা নৈমক্কবদি নোংমা ফাদোকস্তু থৎনরকই ]

চফু মচেৎ উয়ান মচেত্তগী হৌদোকমিন্নবা।

[ বানা নংনা অমস্তুং চাথুত্ত শেম্বুড়দনা হৌদোকমিন্নরকপা ]

চফু কাম্নরগা হুই হরাঙবা।

[ইপোৎ ইরললনচিংবা মাঙবা উরগা ঐবু কল্লকপা হুংশিদবা মীনা হরাওবা।]

চনিঙ য়েংহুনা চখোঙ তানশিল্লু।

[হৌজিক হৌজিকায় ফরগা লোইরে থন্দুনা থবক তৌগনু, তুংগীসু য়েংউ।]

চহি কল্ল অসা লাইনিংঙলগা চাকচমাঙদা হৈদোকপা।

[মতম কুইনদগী ফনবা লেমগৎ শাগৎলক্লবা থবক অহ্ন করিসু লৈত্রবা থোদোক অমদগী থঙহৌদনা মাংহনাখবা।]

চংপা খৈয়গা লাদা তাই :

[ঙৈণাগী ঙুংতিগী শিক্তিনদবা পোৎপুদি, নোংমা কাদোক উব মীগী পোৎনচাবনা হেন্না করে নিঙহুনা কোয়থি থিক্নগা মীগীনা ঐগা ওইগে হায়বদি য়াদবানিনা ফংলকল্লুবা মতমদা ঐগীনা খাইদগী হেন্না কৈ থনবা।]

চাকচা ফম ফম নুংশিদা।

[মুনিঙ-নোমনিঙদবা, হাউনা চাহুনা মুঙাইনদি লৈনিংবা।]

চাকপাউগা লানবাউগা চাকপাউনা কাল্ল।

[অতৈ থবকপুদি চাবগী থবক্তা হেন্না লুবা।]

চাকথুমদা তুইজঙবা মীরক্তা হোদোং চঙবা।

[চঙথোক চঙশিন তৌনবদা ঊকায় থুম্বদবা অমসুং তাথি-তাওইনা তৌনবা।]

চাক লাম্মী হায়হুনা থুং অনি থাহুনা শুকপা য়াদে।

[থবক তৌনিংলে হায়ঙনা থবক অহুগী পোৎয় নিঙথিনা য়েংদনা হেক্তা পঙতৌ তৌবা য়াদে।]

চাক চান্দ্রিমইখ অয়ুকনী।

[মতম নাইবা থবক মীয়ামা তৌখ্রগা ঐদি তোতোত্রে অকক্পা মতম অতু কেন্দ্রনা নৈরি থনবা।]

চাকচানদা লায়র তান্নি ফিশিঙনবা কি ফংই।

[মীওইবনা ফজবা অমম্নুং অহাওবা য়ায়া পাম্মি। শিঙনজ্রনা ফজবা পোৎ ফংনবগী তোংনবদা কয়া র খ্রবম্ন পোত্তি ফংহৌই অদুগা শিঙজ্রনা য়াম্না তেরা হাউনা তোয়না চানবদি চারিইঙ তাইঙাক হাউরগা চাবা লোইবদা অদুগুম লোইত্র; অদুগা থরা তেম্না তৌখিবগী অরাবা অদুদি তপ্না অমুম ফংহকই।]

চাক চম্মাঙ ঈচাওবা।

[মতম চায় চাদে য়েংদনা নিঙকপদা কেক্তা তৌরকপা থবক।]

চাক্না ঐনী চারগা রানা মীগী ঙাঙবা।

[শেম্বা শাবিরিবা মীগী কায়নবা তৌদনা অতোপ্পা মীগী কায়নবা তৌবা।]

চাগনবা য়াঙ্গংবা স্নুগনবা লায়রবা।

[চাবা ঙাক্তনা নোমবা, স্নুবা ঙাক্তনা ঈনাক খুরবা নত্তে; মরম অমম্নুং মতম য়েংদ্রনা চাগনী অমম্নুং নোমগনী।]

চাদশিল্প চথোমজাও য়েংদশিল্প মিংলাওবা।

[থবক তৌবদা মপাঙ্হোংদা থবক অদু হৈনিংদবা অমম্নুং তৌনিংদবা উৎলগা মপুক্কিঙদদি য়ায়া পাবা অমম্নুং হৈনিঙনা থবক তৌবা।]

চানিঙবা য়েঙ্গাও হাউই মুংশিব শক ফজে।

[অহাওবা অমম্নুং ফজবা হায়বা অসি পোংশক অনি অসিনা

মওইরে হায়নিঙাই লৈতে, মা-মা মচুগী অনিঙবা অমসুং চানিঙবা অচুগী মতুং ইন্না।]

চান্নবগী হুদি লূতোন কায়।

[ মাম্না লুনা অমসুং সুংশিনা তিন্নবনা কয়িগুবা থংনরক্লবদি পুন্সি চুপ্পা মরী অনুক লৈনগনদে।]

চামিন্নবা হাউই পুম্নিন্নবা য়াংই।

[ চৌরম থোদোক থুদিঙদা অমনা অমগী মতেং পাংনন্নবতদা অক-হৈংঙাইগী মটৈ ফংবা ঙম্মি।]

চারোই খঙনা বার্ত্তোন তৌবা।

[ থবক তৌরোই অমসুং মায়ঃরোই খঙলবা মী অচুম্বা হৌন হৌনা থবক তৌনবা হায়বা।]

চাসি মরু হুন্দোকসি মতোং।

[ তৌন্নবসু অকায়বা লৈবা তৌদবসু মাদবা থবক।]

চিংজিন্দা অরুম হোৎজগে পোইন্নুদা মৈনিঙ কুপ্লগে।

[ চিংজিন অমসুং পোইন্নু মতম অনি অসি থবক মায় হেন্না লোয়বা মতমনি। অতনবঃ মীনা থবক্কী লৈঃথোকপা মানবা উপায় কয়া থিবা।]

চৌঙদা চুরগা লোক্তা তাই।

[মথক থোংবা অচৌবশিংগী মথক্তা তাবা থুদোংথীবা অরা অনাগী শরুক অচু মথা থোংবশিংনা নঙগনি]

চৌঙদা চুরে লোক্তা লোক্তা চুরে লোক্তা।

[ মতু শোনবা মাঙখদবা মীদি মথক থোংবশিংগী মথক্তা তায়বা অরা অনাসু মঙোন্দা, মাগী মথক্তা তাবা অরা অনাসু মাঙোন্দা; মঙোন্দতা হন্নিন হন্নিন তাই।]

চীনবান থোঙদা লাংবন খোইহি তৈবা।

[ মপানথোংদা কজনবা শেম শাদুনা ব্রা ভাংবা ]

চীম্না পুথরগা শেম্না চাম্মী।

[ মীয়াম্গী ওইনা নত্রগা কনাগুম্বা অমগী ওইরবসু থবক থম পাংথোকপদবা লৈরে, মতু মিং পাথদগী লম্লাই ওইনা পাংথোকে হায়দোক্লব্রবদি মতু পাঙথোক্লবা হোৎনবদা পাদম অমসুং শেল কয়া তিংব তাই ]

চীন্দা খোইহি পূক্ল্ংদা হূ।

[ মপাহোংদা কজনবা শেম শাদুনা ভাওজগা মমুংদা মাঙ তাক্লবা থবক শিনবা ]

চীম্থিবনা লৌশিং শাবা।

[ ইকাই খুঙদবা চুম্মী পাম্মি থঙদনা পঙতাং ভাংবনা অশিংবা শাবা ]

চীয়োন মকোক পন্দবনি।

[ চীয়োন তোনবগী ব্রাথৌদি ব্রায়ৌগী হৌয়ককম হায়নদে ]

চুয়াম্থাবনা মচা হাৎলি।

[ মচাক কংবদা য়াবা থবক পাঙথোকে হায়না য়াক্লব্রবদি থবক অদু পাঙথোক্লবগী মচাক অদু মীপীদগী থিক্লবা কংত্রবদি কনা পাম্বুবা ওইদ্রমসু ঐগী আবৈবা অদু শিজিন্নবা তারকপা।]

চুহি চাবা খুংতুঙ উল্লি।

[ অমুক্তং মহাও থঙখ্রবা থবক অহুদি নিঙক নিঙ্কপদা অক কঙ্ত ব্রাথল থমুদে হেক্ত চৈথে।]

চুহি চফুদা থুং লুপ্লবদি খুত্তা পকপা থরদসু লেকই।

[ মী ময়াম্গী ওইবা কায়বা থবক অমা ঊশানা শিন্দুনা তৌরবদি কায়বা মহৈ অমু ঊশানা লোয়না ফংজরবসু নোমজমমগী থবদ ওইরবসু ফংজে।]

চ্যেকশিল্লগা চ্যেকয়ুম শাই ফাদোক্লগা কায়া শাঙ্গৈ।

[ কয়া পাওদবা পোৎ অমু মকম মতম চানা শিজিন্নরবদি অমসুং লোয়শিল্লবদি পোৎ অমুনা অকবা পোৎ মথং মথং শেমগৎলকপা ওয়ই। কনা কবা পোৎসু ওইসমু নিঙথৌনা শিজিন্নদ অমসুং লোইশিন্নবদি য়ায়া থুনা অথেক অকায় ওইহনা মাওই।

চেগপ কৈনা থুংনা মৈরোবা।

[ থবক অমা তৌবদা, থবক অমু তৌকম খোকপা অমসুং থুং-লোয়না তৌবা ঙম্বা কৈনা কৈনা তৌকম খোক্কবা অমসুং থবক অদুসু হৈনদবনা থবক অমু তৌবা। ]

চেঙ পুরগা চেঙশিং ফৌ পুরগা ফৌশিং।
[ ঐনা তৌথবা অমদি মীনা তৌরকপা মতুঙ ইন্না মতৌক মপা চানবা লম্মন শিংনবা। ]

চেঙ চেঙ্কোক অমবু চগ্রিঙ অমনা মাংখোকপা।

[ কত্তবা অমত্তনা মথাব., চেম্রহুনা মাঙহনবা। ]

চেঙ পোত্তা মাইরেন তোপ্পা।

[ বারিডৈদা হেয়া হানবা শীনবা নত্রগ, অরুদা হেয়া পুয়বা পোৎ হাপচিনবা। ]

চৈশুনা খোম্বা।

[ তোপদোরিবা নত্রগ, তৌরিবা থবক অদুগী খোঙং-খোদো ভাব

ভাওম্মনা নমথনা থবক অত্নুদা থাগুরনবা মী খোম্বা। ]

চোঙনুবা কাইবুবা শুবা।

[ ভোগ:দাম্বিবা নত্রগা ভৌম্বিবা থবক অত্নুদা চঙবা হৌনবা মীনংচিংবা অবাংপা লৈত্রবা। ]

## ( ছ )

ছরেঙম্নু থোংবা থাউম্নু থাক্পা।

[ অক্কবদা হেন্না কনবা তৌবা থোদো। ]

ছাইবা কল্লগা ওইনম্মী।

[ নোম্বা অমমুং হেৎনবা কনবগুনা হুংডাইবা ফংই। ]

## ( জ )

জগোঈম্নু ভাকপা কৃষ্ণম্নু শাবা।

[ ঈশা ইথম্ভনা পুনশিন্নবা যাদবা থবক কম্না পুনবা হোৎনবা। ]

জগোঈ শাবা হৈত্রগা ম্নুমাঙ খোয়।

[ তৌম্নিবা থবক অত্নুদা থঙনা-হৈবা ব্রাত্তুনা থুংলোয়ত্রগা থবক অত্নু তৌবদা চঙলিবা থুংনাইনচিংবদা কত্তে হায়দুনা ভাইনবা। ]

জাংকী থুম্নু শোয়বা হৌনদে।

[ অয়াবা মতমদা হোৎকরম অমমুং মক্ক করকপা পোত্তনা অক্কবা ওইরকপদি শোয়দবনী। ]

জীবরু হুংশিবা মীওইবগী ধর্ম্মনী।

[ জীবরু হুংশিবাবা অমম্বুং ঐগা মামনা থনবা মীওইবগী ধর্ম্মনী। ]

## ( ত )

তংত্রগা লংহীনা তরেঙয়োং চাথংলী।

[ অচৌবা থবক অমা পাঙথোক্নে নিঙলরবদি তত্না হোৎনবা (লেপ্তবা ) হায়বসিতনা পাঙথোকপা ওম্মী। ]

তপথবা হায়বসিনা অথাঙ কনবগী মপুন্নী।

[ অথাঙ কনবগা লোয়ননা থবক তৌগনী। অথাঙ কনবা মী অমা ওইগে হায়রবদি তপথবা তথা তাই। ]

তরঙদা য়ুমশাবা লৈনাঙনা পাম্বিংবা।

[ থবক তৌবদা চেকশিন্না তৌদবা মংতৌ। ]

তরাগী চৈশুনা লেংথোং ফায়।

[ যামত্রবনু নমায়দগী থজিক থজিক পুম্না থোমজিল্লরবদি পুম্না পাঙথোকনিঙলিবা থবক অচুপী মতীক চাবা পোৎলম ফংই। ]

তল শিবগা সনা শিবগা তল শিবনা লাকচরকই।

[ মীওইবগা চাননবগা লৈনবা মরী অসি অতৈ পোৎকা লৈনবা মরীদগী য়ায়া হেল্লিন্না থাদোক্লবা য়াদনা লৈনবদগী সমা পুম্না ওইনা লৈববুদি চিসিল্লক্লবা মতমদা চাবা য়াবা পোৎ ওইনা লৈবনা লাকচরকই। ]

তাল চাদনা মেলৈ লাংবা।

[ মকম মতমগা চানদবা থবক। ]

তিংথং অমা য়ুম্নবদি তিংথং অমনা হনবা হৌনৈ।

[ কনাগুম্বনা লাকপিল্লক্লবদি য়ামদ্রবদা মানা পায়রিবা পুংনাহন-চিংবা অচুম্বা য়াম্বা পায়দনা ঙাক্লবা হোৎনগনী। ]

ভীশ্লোক অসিবনা ভমু অচঙশা খেঙ্গা।

[ কাম্নত্রবা মমল মাঙলবা পোংনা অকবা অমমুঃ মমল ম'খা পোং মাঙকনগে হোংনবা। ]

ভীনাঙ্গি খোঙ্গীনা থন্না চাবা।

[ মাঙবা অমত্তং থুবা লোইশিন্নকপা থবক। ]

ভূমদবা মী হৌদোকপা ন্নাই।

[ থঙলগা থঙদবা শাশিন্নবা মীদা থঙনবা তাকপা ন্নাই ]

ভূমাই শঙবাই অমা চারিভৈদা মচা ভন্না পোকপা।

[ ন্নান্না নংলগা মচা থান্না ভৈবা। ]

ভূরোম্নবগা চারোম্নবগা চারোম্নবনা লুই।

[ মপা তোঙানবা মমা তোঙানবা মচা পুন্না য়োকনা ফুপা ফুপী অনি মুথান্নবা লুই। ]

ভেনবা হমুবদা মরোল তন্নীবদা ভুই খোংবদগী হেল্লোই।

[ চচী ফিবগা লাইরিকনচিংবা তপগী থবক ভোব মতৈ নিঙবিনা কংলোই। ]

ভেন্না নপা চুম্নগা উরোক্না শাউই।

[ মতৌশাং ওইনা কান্নদনা চথবা থবক অদু অনেন্নবা মতুঙ ইন্না হোংফনা ভৌ কায়বা মাত্রগা শাউব। ]

ভোকভা মখোঙ নাইবনি।

[ তোকভা হায়বসি খাজৈ খেংনা ওইদবা চাকা ভাঙনবা নত্তে, ন্নাকম অচুগী ভৌন্নককমনা অচুবা থন্নাক নৈকম খোকই। ]

ভোকপনা য়েনগোন থল্লি।

[ কান্নগত্রা নিঙঙনা লোইকবা নত্রপা থমজুবা পোংতৈখ মাংগুগা

মহুগী মহুত্তা কাম্নরোইদবা পোৎ তাক্লনা থম্না লৈহৌবা। ]

তোঙান চাবা কুমদা শেন্দাঙ মথী আনানী খুল্লী।

[ ঐগী ঐগী হায়বত্ন মশক থঙবা যুন পামনব্লবা মতমদা চেকশিন-খোমজিল্লকই। ]

তোংঙৈজ মগ্নীন্দা শামু চৎহল্লু।

[ ওইখোকপা মাংরোইদবা থবক তৌনবা হায়বা। ]

## (থ)

থম্বাল হেক্কে নিঙলগা তিংখং কিবা হৌনদে।

[থবক পাঙখোক্কে নিঙলবদি থবক অদু তৌরকপদা থুংোং খীবা কম্না খোক্লবা য়াবা অদু কিব্লবা হৌনদ্রে। ]

থম্বৌ চারাঙৈ তাদ্রগা লফোই চারগা তাবা।

[ খ্বাইনা থঙনবা তানবা মাবা মতমদা তাহৌ থঙহৌদ্রগা তুমিন্না থবক তৌখ্রবা মতমদা তাবা অবমুং থঙবা। ]

থরোইনা মীচিকপা শক্ক ফংবনী।

[ য়ান্না শাউগন্দবা তুমিন্না লৈবা মীনা শাউদ্লবদি য়ান্না থুদোং খী। ]

থাঙনা শোকপা মফমদা থুম চাইবা।

[ শাউক্লনা লৈরিঙৈদো চেন্না শাউনবা থবক তৌবা। ]

থাউগা ঈশিংগা তিন্নবা।

[ তোৎন তিন্নবা য়াদ্রোইদবা অনি হিন্নবা ]

থাউমৈগী মখোঙ মম্মী।

[মশাগী অশোয়বা অমস্থং অয়ানবা উবা থঙবা ঙমদবা।]

থাঙ ঈশিংনা চাম্বা।

[থৌদোক অমা থোকপদা, হায়জবা মাবা কয়া হায়জরে তোবা মাবা থবক কয়া তৌরে মহু কাওবদা থৌদোক অহূদগী অকবা মহৈ ফংবগী আশা নৈত্রহনা তোরবা।

থাঞ্জোক চাজনবা।

[কায়দোকপ্রবা ব্রাকম অমুক হোংম্রবা।]

থিঙেন তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা তাইনবা।

[তাইনকম থোকপদা ময়াদ পীবা ঙমদ্রগা মতু শোনবা য়েংহনা তাইনবা।]

থী ফায়বনা ঈকায়দ্রগা অউবনা ঈকায়বা।

[মীনা হন্দোইবা থবক তৌরিবনা ঈকায়দ্রনা অউবা অমস্থং অয়েঙবনা ঈকায়বা।]

থী ফায়বদবু মচী-মরুমদা ফায়বনী ব্রা ঙাংবদি মচী মরুমদা ঙাঙবা হৌনদে।

[অয়ানবা কত্তবা থবক তৌবদবু মচী মরুমদা তৌবনী, অচুবা থ্বাইগী ওইবা অকবা খ্রী ঙাঙবদা লোয়া থুপ্না কবিগী ঙাঙগদগে।]

থীবু য়ৈরগা মায়দা চোংই।

[ঐগী মহুংগী কত্তবা অমোংপা ব্রাকম অহু শাউনিঙবদগী ম্রী মাঙদা পুখোকনুরবদি ঈকায়বা অহু ঈশানা অহুমক ফংবৈ।]

থেঙ্, ঈশিংদা থাধবা।

[মশানা শাযজবা অমস্থং হৈনজবা থবক্তা থাজিনবা অমস্থং তোহমবা হোৎহনবা।]

খোক্লর খোগিন্দ্র তার থবী।

[ তুংদা ওইরবা য়াবা অক-ফত্তগী ব্রাখন ঈতো তৌদবা হেক্না তৌবা থবক। ]

খোংফক্তে মী খোমজীল্লু।

[ শোম্নবা তারবা অমস্তুং থুদোং থীবা নওনগদবা মকমদা মরাম তৌদনা চঙশিল্লবা। ]

খৌবান্দোং চফু কায়নবা য়ৈত্রা, চাউনবা য়ৈবনী।

[ ঈচা-ঈনাও বারকপদা ফু-চৈবদি মাপন্থ-শিরপন্থ তৌবা নত্তে; ওকসন্থ শিংশন্থ হাবহুনা কিহনবনী। ]

খৌনাংদোং খুংনাইবীনা ঙাম্থকপু ঙাংব মপাল্লা হংই।

[ লায়ম্র-নংঙবা মীনা অমুক্তং হুংগাই য়াইকবগী কম য়োকবা ফংঅমক্লপা মাগী হান্নগী হৌরককম কাউবা। ]

থৌবুনা মথৌদা পঙই।

[ ফনা হৈব শিংবা মী ওইহুনস্ত মাগী মাগী মথৌ খোক্লবদি পঙশিনগদ্রি। ]

( দ )

দথাগী মতাঙদা রাইক্ল চঙবা।

[ বাঁরি-নংলিইঙদা থুদোংথৌবা নংবা। ]

দাকুগী মথুত্তগী দাকাত্তিনা লাকপা।

[ মানা ঙবা মী অমদগী লাকনকপা নত্রগা মুমকপা পোং অত মাগী মথুত্তগী তৌবা ঙবা মী অমনা অমুক মুনবা নত্রগা লাকপা। ]

দান হেন্না তৌরুবদগী বলিনা লৈথা ভাথি।

[ দান তৌবা হায়রবসি অকবা থবকনি, অদুবু মকম মতম চাদনা অমস্তুং হেনমন্না তৌরবদি মহুনা ঈপাগী মাঙনবা মরম ওই। ]

দোলাই ভোংবগীদমক ৱাইকুপ পুবীনা ৱাবীবা।

[ৱায়ি নংলিবনা হুংঙাইবা মীগীদমক অৱাবা ৱাখল খনবীবা।]

## (ধ)

ধর্ম্মনা শিদবা উপাম্নি।

[লান্দবতনা অমাও অত্তা লৈতবা মখক ওইৱকই।]

ধর্ম্ম লৈবা মফমদা জয় লৈ।

অচুম অৱান মখক খঙনা, অৱানবু থাদোক্নবা খবক ভোবনা মমৈদা জয় ওই।]

ধনীদা ৱাম্ব ওনবা।

[পোৎকী মখক মত্তো উদনা পুক্নিঙতনা শাগত্নবা পোৎকী মখক মত্তো অমসুং মতীক মগুণ খঙদোকপা।]

ধারা মরী ভংপা য়াদে নোবো মরী কায়বা য়াদে।

[মকম মতমগী মতুং ইন্না হোংদবা য়াদহনা মশাগী লীচৎ শাত্রৎ হোংলুৱবনু মতম অমদা অমুক মখা মশাগী হৈনবী লমচৎ অত্র মখানা নত্রপা মাগী মচা মতনা চৎলকপা।]

## (ন)

নঙগী ওমাও শিংলু মীগী ওমাও শীংলুহু।

[নখো ত্তো, মীগী মখোদা নখো শারুহু।]

নচা লৌখোকউ মৈচা ওমথে।

[ মশাগী মপোৎ অমসুং থবক্না লুনা থলগা মীগীনা করিস্থ লৈতবগুম থম্না থবক তৌবা। ]

নয়ুম পাম্লে কোলোল লোম্লে, নচা পোক্লে শীঙচেপ থাম্লে।

[ মীওইবগী অক-হুংঙাইগী থাক য়োনবা হোৎনবা অসি মুম-কৈ পাম্লিউদ্রা হোৎনহৌগদবনী ; নত্রবদি মুম হেক পানথিবদগীদি ঊনিঙ তম্না সুব চৎপা অমসুং নোম্বনচিংবদা অথিংবা পীবা হৌরকই, অদুদগী মচা পোক্লগনা অমুক হেন্না থিংলিবা অদুদা চেৎশিন্নবা শীঙচেপ থাবগুম তৌরকই। ]

নহানা মাইব শাবা মংনা থল্লি।

[খঙনম খঙকাদ্রবা মীশিং অসি মহৌশানা অথঙ অহৈ শাজনিংই, অদুগুম্বা মীশিং অদুনা তৌবা থবক অখোয়বনা থম্না লৈ। ]

নাঙ্গিতোম চাবা শন কৈনা চায়।

[ মাগী মাগী কাঙলুপ্তা লৈদুনা হিংনিংদবা তোপ্পা লৈনিংবা জীবদি খুদোং থীবা নংই।]

নাউকম্না মমা চেন্নবা।

[ হেন্না লুবা থবক্তি পাঙথোক্লগা করিস্থ লৈতবা থবক্না থোশা-তৌদবদগী মাঙনবগী মশক ওইরকপা। ]

নাচল মথীনা পাহোম্বা।

[ য়ায়া নিঙথীনা ওাঙন শানদুনা লোইশিনখ্রবা থবক অদু করিস্থ লৈত্রবা মরম অমনা অমুক নোংহৌননা থয়হুনা থৎননবা শীনবা।]

নামৈ চক্লনা শম্বা।

[ য়ায়া নংবা অমসুং লৈবদনা চেৎ-চাবা। ]

নাম্ম হায়রিউৈ য়াত্রগা পাবোৎ লোল্লগা য়াবা।

[ নিঙথৌনা হায়জরিবৈদো য়াত্রপা অঙবা অমনা দখি ওইনা নমছুনা হায়রব কান্দা লম হেনবা ওয়েদথুনা য়াবা নত্রপা থবক তৌবা।]

নিঙাই ফত্তবা অঙাংনা ঙম্মোক য়াম্না চায়।

ময়াদগী ওইনা পোৎ পীব অমসুং য়েন্নবা মতমদা মচুং হঙিনা থি-হথা অমসুং চক্রি তৌবা মীনা ওইজবা থয়া হেন্না ফংই।]

নিঙেন থুমশুংবনা থুমথাক্কে।

[ মথুন্তা থোকপা পোৎ, মৈয়ামগী তঙাই ফদবনা হেক্তিমক্তদি মশাগী চাজনবা নত্রগা শিংজনবা কংজদবা।]

নিংথৌগী মপোক্তি য়েতুম পুন্না নাই।

[লৈবাক নিংথৌগী পোক্তি অসুক্কী মতিক কুপশিনগনী কুপত্রবা য়েতুম অহুগী মথাদা কুপত্রবঃ পুম মনা লেংনবা কুপত্রবা মথুন অমুক হংপগুম।]

নিংথৌগী মনাদি ফক্লাঙদ থেংপনী।

[ লৈবাক নিংথৌগী কায়নবা অমসুং কত্তনবা বাদি তাবী উবীনবা ঊনাক্তা লৈতে নিঙথুনা ঙাওনফগম, ঙাওন শানরিব মকম অহুমক্তা তাননবা শোয়দনা লৈরবনী নিংঙ্।]

নিংথৌদসু মৈতান বাংলি।

[ অরাংপা হায়বসি মীওইবদা অমুক লোইবা নাইদে ঊনাক থুনবা সনা লুপা মরাং কায়বা লৈরব মীসু সনা লুপা অহুবা ওইহন্নিংলিবা পোৎ অমু হেক্তা ওইহনবা য়াদথুনা মমল ইয়াই লাযবা পোক্তসু হেক্তা বাংলি।]

নিংথৌদসু মতুংদদি মপা চৈ।

[তুংদদি মীনা মীগী থক-ফত্ত ঙাওনা চৈনবা হায়বসি হৌনশানি।]

নিংথৌ লাইবক য়ুমদিম্নবা।

[লাইবক করদগী শেম্বা শাবীবা ওবা মীগা ত্তিন্নবা কংখিবগী থুংঙাইরবিবা।]

নিংথৌ মনাই পীকপ্র চাউত্রা য়েংউ।

[নৈবাক নিংথৌগী থবক তৌব মীদি কম লাউর চাউরগতা পুকচেল চাউই অমসুং মিঙ্গংশি থওই।]

নিবদা পীরক্লে শেন্দোংনী পীরক্তে্র মহুংনী।

[নিবদা কংবা পোৎ মমল য়াওদবনা শেল্লেপ চঙদে অতোংবা ওাক্কনী, পীরক্ত্রগা অমাওবা করিস্থ নৈতে হায়না নিবা হক্তোইদব-শিংনা থম্লি।]

নীপানা য়ুমদগী থোকথ্রবদি শাফম লানফমদনী।

[য়ুম পানবগী লমদা নীপা হায়বসিনা অচৌবা অমসুং অক্লবা থবক পুই, মরম অমুনা থবক ওয়বা হোৎনবা হায়বসি মথোয়গী তৌব য়াত্রবা মথৌনী। মরম অচুনা ওয়বা হোৎনবা হায়বসিবক শাফম লানফমগী থবকনি।]

মুঙ অনিগী মরক্তা হা ওইবা।

[পূনশিন ভাইশিন্নবা য়াদবা অনীগী মরক্তা লৈহুনা থবক তৌবা।]

মুঙ অতেকপা।

[অমুক্তং য়াখিত্রবদা য়ানবা হোৎনবগী কায়বা লৈরয়োইদবা]

মুঙগা য়েক্লমগা কাওনবা।

[মপাহোংদা কল্লি হৈ ওাঙনবা মীগা য়েংবদা করিস্থ লৈতনা উবা মহুঙদদি মথৌনা মরিঙতেল য়ায়া লৈবা মীগা হুক্রবা নত্রগা ফুন-চৈনবা।]

মুঙদা লাইরিক ইরম্বা।

[মতম কুইনা মীয়াম্না কাউনহৌদনবা ভৌয়ব! থবক]

মুঙদা ঈশিং চাইবা।

[থবক ভৌবগী কামবা মহৈ কংত্রবা।]

মুপীদা অচেৎপা য়া তাকনু।

[হায়দোক্নগসি হায়না চেংনা শাঙনখিবা বাকম অদু মুপীদি মখোয়গী অনিঙবা থুংত্রবা অমদি শাউনিঙদবা মতমদা অথাকপা লৈত্তনা হায়দোকখি।]

মুপী মমাং পাম্লোম তিংবা।

[অপঙবা মীশিংনা মতীক মখোনা লৈত্রবসু মুপী মমাঙদদি য়াম্না কনবা-লৈবা শানিংই।]

মুপী নিপা য়ুম্বানবদা উয়ান চাকতীম্নবনী।

[মুংশিনবা অমসুং সমাজগী চৎনবা মঙ্গী থয়ত্তনা মুপী নিপা অনি পুম্না লৈমিন্নদুনা য়ুম্বাম্নবনী, মদুবু লৈত্রবা অমসুং খোশানদুংবদি করিস্ন লৈতে হেক্না কাননবা য়াই।]

মুমিংকীদমক হূইনা ৱাঙ্গৈ।

[অয়েৎপা মীগীদমক মরম চাদনা ৱাখৌবা।]

মুমিং থাবু হূইনা চাত্রা?

[ঙসিনা অয়োক্পবা মুমিং নংত্র।]

মুমিংনা নোংচুপলোমদগী খোকলকপা।

[ওইথোক্নরোইদবা থবক।]

নুঙাইবনা অৱাব থঙদে।

[অৱাবা খুদোংথীবা খোদোক নংত্রিবা মীনা অৱাবা মশক

ময়া থণ্ডদে। ]

সুংতিগী খোংবা কৈ কিদে।

[ কিবা য়াবা পোৎশকশিং অদু সুমিৎ খুদিংগী তত্তনা অসুম খেংনরক্লবদি কিবগী চাং অদু অসুম অসুম হয়রকই। ]

সুংশা মনম্লা নম পোকপা।

[ থবক তৌয়ে নত্রগা খোক্লে হায়বা ত্তাবত্তদা অক কত্ত অমসুং অচুম-চুমদা থওদনা ঊকাইবা নত্রগা শাউনিংবা পোক্লবা। ]

সুংশি থোরৌনা উইবরা ঈকাই থাঙনা থোবরা ?

[ সুংশিনবা হায়বসি অমগা অমগা ঊয়াই হেক্ত লায়না তৎনা থানবা য়াদে, মখোয়গী লৈনরিবা ময়ী অদু কনি ; অদুগু ঈকাইবা কৌবা অদুগী মকমদদি মখোয়গী অকনবা ময়ী অদু শোয়দবনি নত্তে।]

সুশিং শিত্তনা উনা লেঙবা হৌনদে।

[মীনা ভাঙনয়ক্লবা হায়বসি ঊতৌ তৌদবা থবক্তি নত্তে।]

নূঙ ফুংপা।

[ লোইশিনবা নাইদবা থবক। ]

নোং ত্তারগা থীগং পোপথোকপা।

[ চায়া ভাঙনহুনা লোইখ্রবা য়াকম অদু ময়ী খজিক লৈনবা থোকোক অমত্তং থোকললকপদা ঈনৌ নোনা অয়েখদা অমুক ভাঙনবা।]

নোংমদা পোকপা মচানা নিনিদা শিবা হৌনদে।

[ থাওইবনা অমুক্তি শোয়দনা শিবা ত্তাবনী। শিবদু য়ায়া হেয়া কিবদগী তৌকম থোকপা থবক তৌদবা হৌনদে। ]

# ( প )

পরিংদা শেম্বাং ভো'বা।

[ পয়েংখামা লৈবা নক্রগা থবা।]

পরী থোদোক শওম হঞ্জিন।

[ লাপচিন-থবজিনববুদি লোখোক খাইদোকপনা হেনবা থবক।]

পাউ ভাগে লব্রাঈদ কুম্মু।

[ সহবদা খোকখিবা অচবা খোদোক অমগী পাউ লব্রাঈ তৌবা মতমদা কেনগৎ খোইগৎনা হাপচীন্দূনা অচোবা খোদোক অম। ওইনা গুাওনবা ভাবা ]

পাঙলগী শল অরাংবা মৈতৈগী মমাঙ শঙ্গোঈ।

[ মী মীগী অপাবা পোশক ভিন্নদে, পামজিবা অচুগী মরমস্থ খিনিনিংঙাই লৈতে ; পামজিবা অচুভং ফংননবা হোৎনবদা শেন অমস্থং মতম চেন্না মাঙহল্লি।]

পাঙল থৌনাইদবনা থোঈদিং পোংমা হৈদোক্ত্না খুনবা।

[ মখৌ লৈতবনা অয়েৎবা কামদবা থবক্তা মখৌ শাহনা থবক ভোবা।]

পাংলিতৈদ. হয়িঙদস্থ নোঙৌ।

[ অরাবা তাথিতৈ মতমদদি তোম্রবা মী কাওবদা হায়জ-নোঙৌ।]

পাখৌ ঈকাই লান্দ শিং।

[ দূনা তিম্নবা মক্লপ ওইবস্থ ঈকাইবা মাবা খোদোক ফংনমবদি য়েংখিনমবকই।]

পাপ্ন পাপ চায়।

[ পাপকি থবক তৌরবদি পাপকী মহৈ চায়।]

পাপ্প শেবোং-মাইরেন শীবগুম শীবা।

[ হীংঙ্ম খোদোক কয়াদা অকবা অমত্তা খোক্ত্রবা।]

পাপকি পৈশাদি পাপ্তা চৎলি।

[ ফত্তবা অমসুং চুমদবা থবক তৌরবদগী কংলকপা লেপ অদু করবা থবক অদু লেংদোকপা হোৎনবদা অতুমক চৎথি।]

পামেল করি উনা শাব: ত:রওনো শিঙ্গংদেদা শিনগাউরে।

[ ভৌরবা থবক অমু হৈত্রপা নত্রপা হৈনিংঙবা পোক্লপা থবক তৌরিবা থুংলাঙ্গ অতুদা কত্তে হায়দুনা তাইনবা।]

পাম্ব মমৈ ওইববুদি তোকপা মকোক ওইবনা কৈ।

[ কলে হৈরে হায়নবা কাওবুগী মতুঙদা নপচ-তাংঙকসদগী শরুকপুদি হৈবোঙ-শিংবোইত্রিবশিংগী মরক্তা মকোক ওইদুনা থবক তৌবনা হেন্না কৈ।]

পাঙ্গলনা শা কাদে লৌশিংনা শা কাবনী।

[ আচৌবা অমসুং অকবা থবক ওয়েগে তারবদি পাঙ্গলতনা চৎনমক্তে লৌশিংনা লাকচরকই।]

পীক্ক মরুম কাবা।

[ মশাগী কিতমগা চানদনা নাপল তৌবা।]

পীক্রবপু হয়েঙ চাউরবস্তু হয়েঙ।

[ পীকপা চাউবা খেয়বনা মাগী মাগী কাওনুপ্তগী তোঙানহল্লে।]

পীক্রবা ঊরীক কয়ানা পাক্রবা সমত্র ওইথিব্রনী।

[ মপুম কাবা পোৎশিং অসি কুপ্রবা মচেৎ মচেৎ কয়ানা ওইত্রিবনী মমম অদুনা অশীকপবুদু লায়গনু।]

পূকফবগী শরুক থুংদে।

[ পুক ফমল্লবস্থু ঊশাগী ওইজবা মাঙলকই। ]

পুংলোন মতুঙ ইন্না জগোই শাবা।

[ মফম মতমগা চানবা য়েংহৌনা থবক তৌবা ]

পৃথীবী কোক্কথোংনাগে তৌবদা ফৈজা লৈতবা।

[ থবক তৌনিংবগী অমদি ওথবী পাম্বলদি লৈয়গা পাওথোক্লবগী পাথেদি লৈতবা ]

পেনা শেম্লিঙৈদা শামুরৌ য়োবা।

[ থবক তৌগে অমস্যুং য়াওগে হায়না ঊশাগী ফিভম শেম-শাম্লিঙৈদা তৌরিবা থবক অদু লোইবনা হানবা। ]

পেবেংনা মচা চাউবা ঙাইবা।

[ ঐনা তৌগদৌরিবা থবক্তা অহেংপা অমস্যুং অপনবা পীবা ওবা অমস্যুং পীগদবা মীদা, ঊশাগী তৌফম থোকপা থবক লোইরিব্রবা কাওবা হায়জ-নোঙবা। ]

পেংনা চেঙজঙবা থোংনা মীনম্বী।

[ মতৌ মান্দনা মী মাংবা য়াবা নত্রগা শিবা য়াবা থবক তৌবা অমস্যুং বাখল থনবা। ]

পোঙ্গম্লুদদি হৌদোঙদস্থু শীঙ্গীন্ননিঙই।

[ মতম নাইবা অচিনবা থবক থোকপা মতমদা লেয় লৈবা অঙাঙনচিংবকাও থবক অচ্রদা য়াওহনবিঙবা। ]

পোঙ্গম্লুদদি উচিদস্থু মুপী লোল্লি।

[ চান-থক্কবা মকৈ মবোং লোক্লবা মতমদদি লৈত-লাঙ্গবা মীন্দ মমাঙ কায়না চাবা ফংই। ]

## ( ফ )

ফত্তবা মীদি শিরবস্থ মরূনা য়ুই।

[ ফত্তবা মীদি মতম পূন্নমক্তা ফত্তবদা তৌই অমস্থুং ফত্তবদা থম্লি। মরম অদুনা মশা শিগ্রবস্থ মাগী ফত্তবা য়াথমা পুথোকলবা থবকশিং অদু মাযামগী থুদোং থীনবা ওই।]

ফত্তবা মীগী হীদাক লৈতে।

[ লায়না খুদিংমকী ফনবা হীদাক থিবা ফংলবস্থ পুক ফত্তবা কৌবা লায়না অদুনা নায়বা মীগী ফনবা হীদাক্তি লৈতে। ]

ফদীগোম ছল্লগা পাখোল হৌবা হৌনদে।

[ অফবনা অফবা পোকই, ফত্তবনা অফবা পোকপা হৌনদে। ]

ফদানা য়োম্বা সনা।

] মশানা ফজবা অমদি ফয়বা পোৎ, ফজদবা অমস্থুং ফত্তবা পোৎশিংনা মাগী ফজবা মগুণ অদু মাঙহনবা ঙমদবা। ]

ফনবা শেম্বদা হীগাঙ্গৈরা ওনবা।

[ ফনবা অমস্থুং ছুংঙাইনবা হোৎনথিবা থবক্তা মতৌনা অশোয়বা অমা লৈথিবদগী ফত্তনবা অমস্থুং দানবা ওইনা খোক্লবা। ]

ফম্বা চল্লগা হীপ্প চল্লী।

[ থুদোং চাবা থরদং কংজনবা তোৎনজবগী মতৌ থজৌক কংজয়গা পুন্নক মাগী ওইগে তোৎনবা। ]

ফম্ন মুঙ্‌ম্বা চংল ঙুংশিংকুপ্পা।

[ অরুবা থবক কম্না লৈহনস্থ হৈনিংগ্রবদি নিঙাইদনা লৈপোকপা। হৈনিংদগনা মতম চাম চাদে য়েৎনা হেক্ত থবক তৌবা নক্রগা

চৎপা। ]

ফক্লাঙদা লৈতুম্ন থাবা লৈবাক্তা খুত্তুম্ন শুবা।

[ শোয়বা লৈয়রোইদবা থবক। ]

ফিরিঙ্গি লমলো।

[মচেৎ খরদং লোনবা অমসুং কংনবা হোৎনরগা কংলবা তুংদা মথং মথং পুরবক লোনবা হোৎনরকপা। ]

ফুদিত্তা মাঙজোং চোংবা লৌশীত্তা থজনা থীবা।

[ কায়দবা থবক্তা পাঙল অমসুং শেন মাঙহনবা। ]

ফুর ফুরগা চাউবা।

[ রাশম্ন নংশম্ন হাবনা হোৎনরগা হেম্না থৌনা পোকলকপা অমদি নাপল তৌরকপা। ]

ফৌ শঙবাঙ্গী অমদি মিহৌদে ঙথা তুঙ্গোন অমদি মিহৌই।

[ অরাবা অমসুং অত্তাঙবা পোৎ ঙাক্তবু মিহৌনবা নত্তে, কায়গদবা লৈরবদি মমল লৌঙবা পোৎ থজিকদম্ন মিহৌই। ]

ফৌশুবগুম হায়রগা চেঙজোয়বগুম নাম্নোকপা।

[ মায়া চেকশিন্না ঙাঙনবা থবক অহু উন্নায় লাউনা নাহোকপা।]

## ( ব )

বমনা হৌরগা পোকলাউবীনা লোইবা।

[ অহানবা হৌখিবদা মায়া চাউনা হৌখিবহু লোইশিনবদা নিঙথিনা লোইশিনবা। ]

বামোন হৈত্তবনা পোরোক শোনবা।

[নিঙথীনা ময়েক-মশোল থঙদনা ঙাউবা অমসুং ঙাঙনবা রা।]

বামোম্না লৌউবা মৈতৈনা লাই লাংপা।

[মাগী মাগী মনাং নত্তবদা থবক তৌনবগী হৌনবা নিঙঙক নিংঙকপদা থবক পাঙথোকপা য়াদবা।]

বামোন্না কেংগে হায়না কেরবদি মনাইদা ঈবাইতোন কৌই।

[মকম মতম অমসুং ফীভম য়েংদনা য়াম্না কেথ নৌথরকপা।]

বিধিবুদ্দি কর্ম্মনা কল্লি।

[করা থরাঙ্গ য়াঙনা হোৎনরবদি ঈশাগী অকবা লাইবক ঈশানা শেপচবা ওম্ম।]

## ( ভ )

ভাবনা মলান শারগা দযানা নিংথাঙ্গবা।

[পুক্কিঙ অমসুং র'থরা পঙনিংত নিঙবা পঙথনত্তা থনবা, থুক্তি থক য়াঙদবনা থবক্কি মহৈ মিংনা উবা ফংদবা।]

ভাব ফরগা পেনা মখোন তায়।

[অনিঙবা অমা মতম কুইনা থৌয়াংনা ঙাইরক্লবদি, অতোপ্পা অমা নিঙগ্রবনা ঙাইরিবা পোৎ অহুপী মথোল নত্রগা মথক ভাবনা হেক হেক তায় অমসুং উই।]

ভারি চাকচা মেলা থোঁদো।

[থবক তৌবদা মকম থঙদনা তৌবা মংতৌ।]

ভীমনা চারগা শোকনিনা ফায়বা।

[মী অমনা তৌবা থবকী অক-ফত্তা মহৈ অতোপ্পা মী অমনা ফংবা]

## ( য )

থকম্থীনা মরল ফোয়দংপা।

[ শাউনিংবনা মশাগী ওইজবা মাঙহনবা। ]

মকোক মরু পান্দবা।

[ মপুরোইবা অমস্থুং মচানচিংবা লৈজবা মুপী। ]

মথা থংবনা মথক থংবদা থংজ্রা হংবা।

[ মাঙৈথীবা ফংলবনা অঙবদা শাঙবা মতৌ। ]

মখোঙদা ঈশিং লৈরবতদা থম্বান্না মুমিৎকা মরুপ ওইবা হুন্ননী।

[ লন-থুম বাক্তন। লৈরিবৈদা মরুপ বাক্তে, হায়রুবা থুজিত্তু হুংশিবী, লৈরম্নবনি মখোয়মুনা মেরুবা ওইরকই অমস্থুং মাঙনবা তৌ-রকই। ]

মংদা মঙ্গা তানবা।

[ শিথ্রবা। ]

মঙদা শন্নরীক শিবা।

[ রাথল হুংঙাইবিরৈ মতমদা, শক্তিগী রাংমদা লৈথ্রবা পোৎ-চৈ তাবনা শেমগৎ শাগৎপা। ]

মচাগী মপান কপ্প চায় মরাগী মপান নোরু চায়।

[ মীওইবনা মচা হুংশিবা অহুক মমাবু হুংশিবা ওয়দে। মমম অহুনা মচানা লুরক্‌না মমাদু শায়খোরকই। মতম অহুদা মমানা মচাগী মপান চাবদা মবুক হুংশিরকই, অহুপা মপুরোইবগী মপান চারীরৈদদি হুংঙাই। ]

মচা পোকপা লৌরঙনগনু।

[ মচা অনৌবা চেনবী মমাদি পীক্লিবা মচাগী নিঙাইগী মথা পোল্লি ; মমম অহূনা মাবু শোম্নবা মাদবা থবক্তা মাওম্নবা হাম্নবা শীঙ-নরুগম্হ । ]

মতীক নত্তনা মঙান হাম্না ।

[ থঙদ-হৈত্তবনা মাম্না অথঙ-অহৈ শাহূনা তৌবা থবক । ]

মথীক নেম্বনা থা অরাংবা লাম্বা ।

[ থবক তৌব ওবগী শক্তিদ থরদংত লৈবা, নিঙবদি পাঙংথোকপদা রারগদবা থাক য়োনা নিডবা । ]

মনাই খাউনূবদম্সু রাতানৈ ।

[ অকবা হীরম অমা থম্নবা মতমদা নহা অহন থিদনা রা হানবা ।]

মনানা হৈমাং ( হৈরাঙ ) শাবা ।

[ নত্তবা পোংনা অওইবা শাবা । ]

মপা নপুনা কৈরাক থারম্বা ।

[ লৈখিদ্রবা অহল-লম্মন্না তুংগী মচা-মশুগী ফননবা শেমলম্বা লথী ।]

মপাম খাবৈ অমা মরা মযুম খাবৈ অমা ।

[ মপামগী চৎন লোনচৎকা ওট্টডুরিব। নিপা মংমগী চৎন লোন-চৎকা মান্নরমদ্রবম্সু অনিছমকা চূবনা চৎপা হায়বাস অপা ( য়ো ) অমগী হৌনবীনা : ]

মপাম চাকসু চাদ মরামযুম চাকসু চাদা, কহামাঙ খুজাই কাঙ্গ ।

[ অমদসু অমদসু কাম্নবা কংদবা, মরক্তা মাঙবা । ]

মপাম শন্দগী কৈনা চায় ।

[ থরদং কান্নগত্র নিঙত্থনা তৌরুবা থবক্তা হেম্না মাঙননবা মথক ওইরবা । ]

মপুনা চাউবা মনাইনা, মনাইনা চাউবা মপুনা।

[অচৌ-পিশক অমদি নচা-অহন থিদনা পুকচেল তিন্না লৈমিন চাম্নীন্নবতদা মায়কৈ অনিমক্কী মিংচৎ অমসুং ঈকাই খুম্নবা ফংই।]

মম্দিদা খোঁশাবা।

[মশক-মখা উদনা মখেন মরাং উবা-তাবদা চুংশা থীবা অমসুং মিপাইবা পোকপা।]

মরল লৈতনা শঙ্গোম চানিঙবা।

[শেন খোক্রবা শুবা নেংশদি তনবা অহাওবা অমসুং ফজবদি চানীঙ শেৎনিঙবা।]

মরিংনা শাবা শঙবাঈ নাম্ম হাঙবা হৌনদে।

মশক থী, মহৈ হৈতে, অাৎ ফত্তে অমসুং মরল লৈতে হায়দুনসু চুপীগী নিপা, মিপাগী চুপী লৈতবা কৌনদে।]

মরা অনাবা হুন্দোক্কনা শামু ঈরোঈবা য়েংবা।

[অরংবা মখৌ থাদোক্কনা করিসু লৈতবা থবক্তা পুক্নিঙ চংহনা লৈবা।]

মশা চাদনা মতু চুংবা।

[ইতৌ তৌদনা তৌবা মানবা থবক মতৌ।]

মন্নামদ শিকি য়ৌবা।

[চহি নৌনা মতীক মপা চাদনা মী মাঙবা মাবা রা ঙাঙবা অমসুং থবক তৌবা।]

মশোঙ উনা লৈবা।

[তৌন তৌদ শা অমসুং উনা উদ শাবা।]

মহৈ হৈবা শন্না চৈবুল চায়।

[ পুম্না থবক তৌমিন্নবদা থন্নহেন্না পোৎমিৎ থভবনা থভদবশিংদগী বাবা ংংই। ]

মান্নরবদি মনিঙকক্লবা থরোইদস্থ মুংঙাইমিন্নে।

[ অরাবা তারবস্থ মমাম খ্বাইগী ওইনা মান্নবা তাবা ওইরবদি মথোর মশেল অরাবা কাউবোক্তুনা ঙাকস্থ মুংঙাইমিন্নে। ]

মী অপঙবা লালওইনৈ উ অকঙবা শীংওইনৈ।

[ উ অকঙবা শীং থাবা কান্নে মী অপঙবদী চুম্না কান্নদবতা নত্তে,মানা তৌবা থবকশিং অদু মীয়ামগী থুদোং থীনবা অমদুং অরাবা তানবস্থ ওই। ]

মী অহল য়োংনী উ অহল লাইনি।

[ শিন্নবা উবদি লাইগুম নিঙ্গনৈ, মীনা মাম্না অহল ওইরক্লবদি মশাগী ফজবা পুথস্থ মাঙখিদ্রুনা য়োংমান্নকই অমদুং চাকচা ফমকমনচিংবস্থ য়োংগুম তৌরকই নুনা তৌনরক্তে।]

মী অঙাওবা, শামু মচা য়েংবগী পেনবা নাইদে।

[ অঙাওবা অমসুং শামুমচা য়েংবগী পেনবা নাইদে। মথোরগী কান্নদবা মতৌ কুইনা য়েংদুনা মতম মাঙহনকদে। ]

মীওইবদি থাজবনা লাম্মৈ।

[ মী ওইবদা, মা-মাগী থাজবা অদুনা চাওথৎনবস্থ ওই মাঙননবস্থ ওই। ]

মীওইবগী অবা মুংঙাইদি থুবাক থুনমতনী।

[ মীওইবদা, অবা-মুংঙাই হায়বসি লেঙদনা লৈবা নত্তে। ]

মীয়াম, থাওব ঙমদদ্রুনা লমজা পুই।

[ মীথুনিঙগী বা দোৌহনা অমদি মখোয়গী পেয়বা থবক তৌরুবদা ঊশাগী থুদোং থীবা নংবা। ]

মীগী চাকলুক্তা খুজাই থাংজিনবা।

[ মী অমনা শুতুম চন্দুনা লৈথুবা পোত্তা অতোপ্পা অমনা অমুক মাগী ওইনবা হোৎনবা। ]

মীগী মামা মজবা ঈমা ওইগে য়াব নত্তে।

[ মীগীনা মীগীনী ঐগীনা ঐগীনী, মীগীনা ঐগী ওইবা য়াদে; ঐগীনা খ্বাইদগী মকরে। ]

মীচা শিশগু নিঙলগা ঈচা শি।

[ মীগী কত্তনবা তৌথিবা থবক্তা ঈশাগী মাঙনবা ওইনা লোক্লুবা। ]

মীচীন অমদি হুকপা ঙমদে খোমজিন চাম্মদি মেনবা ঙম্মী।

[ মীনা মীগী অকবা ঙাঙনববুদি কত্তবদা ঙাঙনবনা মথাং য়াম্মী। মীহ্র ঙাঙনবা পাবা অমনা, ঈশাগী অশোয়বা ঊথি থঙথিবহু অতোপ্পদা হায়দোক্তনবা হোৎনবা হায়বসি অহেংবা মখুল মচা মচা কয়ামক্কুম মেনবদা লায়বা অদুক লুই। ]

মীজাওনা লুবদি কাচিন য়োই।

অচৌবা [পুকচেন চাউবা]। মীনা থবক তৌবদা নত্রগা মীবু পীক্ত পাথকপনচিংবদা ঈপৌ পোৌনা তৌথোকই, অদুগা লিকশিন খোইজিনবা ভায়বমু কা চেম্না কুপপী। ]

মীদি লাপ্লৈঙেদা লাই ওইনক্লিল্লগনা মী ওই।

[ মী অয়াবনা মা-মানা তৌবা ঙবা শক্তিদগী মতৌক মওয়া হেন্না শক্লোকই। অদুঙবা মীতাশিং অদু লাপ্লিঙৈদা য়ায় হৈ শিংনা ভাবমু নক্লিনহুনা থবক তৌরুবা মতমদদি মথাগী চপ

চাবা অদু খণ্ডই।]

মীদি হদংনা সুংশিদে।

[মীওইবনা মচা মওদা সুংশিবা অদুক মপা মমদা সুংশিবা ঙমদে।]

মী তুশি হোৌগৎকনু যন তুশি হোৌগৎলু।

[ভোবীমল থওদবশিংনা মাগী অঁবা অনওদা মতেং পাংবিথিবশিংবু সুংঙাইহনরুবা মতমদা কাউথোকই। অদুগুম্বা মীওইশিংগী মতেং পাংববুদি ঐগী মীগী নাইদনা নোংবা ওবা অথোনবা শনগী মতেঙ পাংবীবনা হেন্না কৈ; করিগুম্বদা ঐগী কান্নবা তোৌবীরবা য়াই।]

মী য়াম্নগা. রা য়াম্মী।

[মীয়ামগী তোঙানবা মত পুথোকয়ক্ক্না ভোৌগদৌরিবা থবক অহ্ গীঙ্গনবা।]

মীনা শিবনা চীন্দা শানা শিবনা খোঙ্ন্দা।

[মাশাগী খোঙ্ম্না মরম ওইদুনা শানা শাদানবগী মথুম্তা মথম্নাই মাঙবগুম মীওইবমু অফ ফত্ত অমম্ুং অচুম অয়ান থওদনা য়া ঙাঙলুববদি ঙাঙলুরিবা য়া অতুনা ফত্তবা অমম্ুং চুমদবা ওইরক্কবদি ঈশাগী অমাঙবা থোকচৈ।]

মীনা শীনবনা অম্না লাইনা তম্বনা অমা।

[অনিঙ অনিঙবহুতা হেক্তা ওইদ্রু হায়বা য়াবা নত্তে, থম্নমথৈ নিঙবা থুংদবম্র নৈফম থোকই।]

মীনা মচা ভরা পোকপ্‌দি কৈদৌদে, লম্বোইবা ঐনা ইচা অমত্তং পোকপ্‌দি শবিরাই থুংই।

[মপা] মমাগী তাঙনা ফংজবা মচা অসি অয়্‌বনা মী অমম্ুং

লাই অনীনা পুন্না কল্লক মিংয়েং চঙবগুম তৌহুনা অকবা কন্না ওইগন্দে।]

মীনাঙ্গনা মরম্লাই তৌবা।

[মশাগী অধিকারদা লৈরবা থবক অদু তৌবদা কোংনা তৌদনা লোম্না লোম্ন্নুনা তৌবা থবক মতৌ।]

মীগী মথৈ ফংলগা শাউই লাইগী মথৈ ফংলগা পেনবী।

[মশাগী ওইজবা পাঘনা ওইজবা অহুডং ফংনবা অচুম অয়ান মশক খঙলবস্থ ওম থৈননা থবক তৌই। মাগী অয়ানবা অদু মীয়াওদা হায়দোক্লগা শাউই। অচুববু থাজবা লাইগী মগুন চেনবনা মাগী অয়ানবা লৈথিবা হায়দোকপীরবাদ অচুবা ফংজবগীদমক হয়াওই।]

মীংনা কারাম্বা।

[ঈশানা ওমগদবা চাংদগী হেন্না পাবা।]

মীপোক মীহিংবা ওম্বা।

[মীগী মাওননবা রা ওাভবা অমসুং থবক তৌবদা নাচুংরবা।]

মীশক য়েংনা বাঙাওঙ্, কুচু য়েংনা খোন থাও।

[অকবা অমসুং কত্তবা তৌবা মীশক মুন্না থওদোক্লগা হায়কম থোকপা হায়রু তৌকম থোকপা তৌ।]

মুংলমদাইদা থাউমৈনা ওাল্লি।

[মাওবা নত্রগা খিবা ভায়বদা মশাগী থুদোং থীবা অদুদগী মশা কনজবা ওমগত্রা নিঙহুনা লৈজবা শক্তি পুথোক্ন্না তৌবা থবক থোদো।]

মৈতাম্না বাথৈবা।

[ শিজুনা মৈ থারবা। ]

মৈদা হৈবনা মৈদ। ঈশিংদা হৈবনা ঈশিংদা শি।

[ মশা মশানা পামজবা অমসুং হৈনজবা থবক অদুদা মীওইবনা মশাগী অশোয়বা থোকল্লী। ]

মৈবু ফিনা কুপ্পুনা থম্বা য়াদে।

[ অচুম্বা অমসুং অফবযু কুইনা লোত্তুনা থম্বা য়াদে। ]

মৈরীকপীনা মৈজাওবী ওল্লী।

[ করিমু লৈতবা হীরম অমদা মীয়ামগী মতম থেয়বদগী অচৌবা রাথোক অমা ওইথিবা। ]

মোইরাং হরাওরিবৈদা কুমগাংই (কুমপাউই)।

[ হরাও-কুম্মৈদা পুক্নিং লুম্লিবৈদা মতম মতমদা তোহোৎপদবা থবক নাম্বোকথিবা। ]

মৌ অনৌবীনা উন শীওনৈ।

[ নৌনা থবক পায়রক্লিবনা, য়াম্না থবক অদুদা পুক্নিঙ চঙবা ]

( য় )

য়াঈরোঙনা য়াঈরোঙ কল্লি শবিরাইনা শবিরাই কল্লি।

[ মশা মশাদা থোক্লু তারবা থবক অদুতনা অফবনী অমসুং অচৌবনী থনবা। ]

য়াওশং মতুঙদা আবের থুংলবা।

[শাজিয়রগদবা মতম হেনপ্পগা লাকপা অমসুং থুঙ্ঙবা পোৎ। ]

য়াম্বিনা লাংদোন কনবা।

[পাঙথোকপা লোইশিনবদি ইঙম ওয়দনা থবক থুদীওবক তৌগে অমম্লুং তৌনবা য়োৎনবা। ]

য়ুমদাঙবনা কৈনাইবা।

[মীগী মপান মচুম চাহনা মীগীদা থবক তৌরগা লোম থুম মপাগী ওইবা পোৎ-চৈ থোমজিন পৈশিল্লকপা।]

য়ুম মৈ চাক্লিডৈদা ইমন নিবা।

[মীগী অরাবা থুদোং থীবা থোক্লিডৈদা মপাগী ওইজবা থিবগী মা চাওজবা। ]

য়ুম্বানবগী থবক্তি তুরেনগী লৈঙোইদগী হেম্ন কুপ্পী।

[মপা মমা অমম্লুং মচানচিংবা মোক থাক্লনা সমাজগী মরক্তা শুংঙাইনা হিংছনা লৈনবা হোৎনবা হায়বসি অয়াইবা থবক নত্তে। ]

য়েরুমদা হামোক (হামুক) তৈবা।

[অরুবা অমম্লুং অপানবা পোত্তা যজদবা অমদি য়েংবদা শুংঙাইজবা পোৎ তৈবা। ]

য়েলাঙ হেকপদা কাগী মমন হপ্তিন্দবা।

[থবক তৌবদা, ওইজবা অমদি শেন্দোংনচিংবা কংগনি থদুনা তৌরুবদা শেল্লেপতি লাউরমছনা থবক অহু তৌবদা চঙখিবা থরাক কাওবা কংদবা থবক। ]

য়োংনা তীম্থোক পায়বা।

[হৈনদনা নত্রগা তঙাই কদদনা তৌবা থবক। ]

য়োংনা উতুপ তীকপা।

[কায়বা কংত্রবা পোৎ পায়শিন-কোনশিন্দুনা থবা। ]

য়োংনা চু পায়বগুম পায়বা।

[পায়গ্রবা অমমুং অমুক্তং কংগ্রবদা অমুক থাদোকলক্ত্রবা।]

য়োংগী শগোন মশানী কাওস্সু কাওদে।

[পোৎ অমগী মগুং মতৌ শাবদা, হোৎনবা মথৈ হোৎনয়বদসু যাববা ঙমগ ঙমত্রবা।]

য়োংদস্সু নহা ওইরিবৈঙদা ফজৈ।

[কনা থীবা ওইরবস্সু অহনবগীদি নহানা ফজবা থরদি মহেল্লি।]

য়োংয়াম মরক্তা পোৎয়োম থোকপা।

[চাবীনবা থাবগ্রবগী মরক্তা অচা-অথক থরদং পুথোকপা।]

## ( র )

রাজনিতি শাস্ত্রবদি (য়াওবদি) কৈ তোংবগা অস্কানী।

[কৈবু তোংবা ঙমবা মী অহু মরাথবগী অতোপপা ঙম অমস্সুং শক্তি লৈরবা মী অমনা হায়বা যাই, করিগুম্বা খুঙিন খুন্যাহোকগী কৈ অহুনা তোংলিবা অহুবু চিকলোই অমস্সুং চারোই হাবনিংঙাইস্সু লৈতে।]

রাধা ভাবনা চীনবান্দা পুকস্সুঙদনা ছুরি।

[মপাহোংদা রায়া থর্ম্ম চেনবা মী মানবা পুকস্সুঙদনা মী মাঙ তারবা থাথন থনবা।]

## (ল)

লনশোংপীনা পাউখুম বাক্তে।

[ মীগী মরল কোয়না তোল্লবা মীনা, মশা নৈথোকপা অমসুং কিংবা য়ানবা ওইদবা যা কয়া ঙাওবা। ]

লফুনা মচি কাদবা।

[ মশানা ফঙ্রবা কাওথুপগী হৌরকপা অতুদি কনা ফবা ওইখ্রনসু লম য়োনা ফবা য়াদে। ]

লফোঙ্গনা মীশাবা।

[ মশা মউ য়ায়া পাবা অমসুং তীজং-য়াংঙ্গংবা । ]

লম্বোইবদা শমজেং পীবা।

[ পোৎ অমুগী শীজিন্নকম লৈত্রবা মীদ পোৎ অদু পীবা। ]

লম্মন মথাক লাঙ্গথুঙ মথাক হান্ন শেংদোক্কদবনী।

[ খ্বাইদগী হংঙাইতবাদ মীগী মরল তোনবা অমদি ঊপাদা লাইথুঙ লৈবা অনৌসিনী। মসি কোক্নবা পুম্নমক্কগী হায়া তোংনগদবনী। ]

লরাঙ্গ ইম্ফালদি মীদা থায়রবনী।

[ থকসি-থাসি, ঙাওবা য়াই-য়্যাদে অমসুং তৌবা য়াই-য়াদে খঙদনা ঙাওলিবা অমসুং তৌরিবা মা অদুনী লরাই। ]

লরাঙ্গ লাংথৈ্র খোঙনেম্বী থৌদৌ খুদিঙ য়াওগনবী।

[ অখঙ-অহৈ লৈতবা মকমদা থবদং খঙ-হৈবা মী অদু থৌদোক খুদিঙদা য়াওহনবা। ]

লাইবক-শা তিন্নবা।

[ য়া ঙাংঙন শানবদা অমদি থবক তৌমিন্নবনচিংবদা য়েৎনবা লৈতবা। ]

লাইনা য়াংপা থায়াংনী।

[ হিংবগী মরুদি চিঙাকনী, চিঙাক কংনমবগীদমক অরা অনা কিদনা কয়া হোৎনবা তাই ; নত্তদ্রা লাইবক অমসুং লাইবা তাইনদ্রা লৈবনা কাময়োই। ]

লাইরেন মতুং ওা ইনবা।

[ কান্না অমসুং অচা অথক কংগদবা মীগী তুংদা মীয়ায়া ইনবা। ]

লাইরেম্না মগুণ ওাকপদা লফুং কায়।

[ হায়দোকখিবা বা অমসুং মথাগী ঊকাই থুমবা ওাঙবগীদমক থওনা থওনা অৱাবা অমদি থুদোং থীবা লোবা। ]

লাইরমবুদি ভীমম কল্লী।

[ মীগী থগোঙ্গী ৱা থওবদি ঊখমনী, মীয়ামগী অকবা অমসুং মীয়ামগী অচুবা অহু মাগীসু অকবনী অমসুং অচুবনী হায়বদি মীনা যামগা লাইনমু যাই মীনা কয়গা লাইনমু কৈ; মীগী চৎনবী অমসুং মানবনা লাইগী বাদগী দূই। ]

লাইরিক হৈরগা লাইগু থওদবা।

[ মহৈ মশিং যায়া হৈরগা মা-মাগী সমাজ অদ্বগা চুমনা চৎপা অমসুং ওাওবদি হৈত্তবা। ]

লাঙৈয়বনা ফিগুবা নোংনংই।

[ অদি নত্রগা মী হায়না থময়নিংওাই লৈত্তনা য়ায়া নুনা থোয়-হমিওদনা তৌবা থবক অশোয়বা থোকপা। ]

লাঙৈমবা মপায়া থাবয়া ঊনাকথুনবা মল্লনা লিংবরা।

[ ঊনাক থুনবনা অহুম ঊনাক থুনগনী লাঙৈয়বনা লাঙৈয়দ্রনা অহুম লৈগনী হায়বগী অরেগপা কমিদু লৈবা নত্তে। ]

লাঙৈরবনা য়েল্লোইবা য়াব ওল্লী।

[ লৈত লৈত, থম্মদং কাম্মগম্রা হায়দুনা তৌরবা থবক অহু কাম্মবদি লায়রক্না মহুৎ মাঙবা। ]

লাঙৈরবগী মরূপ লৈতে।

[ লাঙৈয়বদি য়েংলু য়েংলুবদা অম্রাৎপতনা থম লৈ মঙোন্দগী মীনা মতেঙ কংনিংঙাই লৈতে ময়ম অচুনা মশাগী ওইজবা থিবা সমাজদদি মাগী মরূপ লৈতে। ]

লাঙৈরবগী য়াদি চঙীক ওইরগা চৎনৈ।

[ লাঙৈরবা অমগী মশুনশিংগী মরক্তা মানা ঙাউবা অমসুং হায়বা বা মীনা থাজদবা নত্রগা চৎনদবা হায়বসিমসুনী। ময়ম অচুনা মানা অচুবা হায়বা মীনা থাজদে অমসুং চৎনদে। য়াকম অজুনা ফুইনা অহোংবা লৈত্রবা মতমদি থাজয়রকই অমসুং চৎনরকই। ]

লাউবা কল্লগা খুল্লাকপা শকপা।

[ ঊখঙ খঙদ-ঊহৈ হৈতনা য়াম্রা লাউ থোংলগা মীয়ামবু নমথনবা হোংনরগা লুচিংবনী থনবা। ]

লানফমদা থাঙ য়াঙৈবা।

[ খু:দাং থীবা মফমদা মথা কল্লনবা পাঙৈনম্রিবা খুৎলায়নচিংবা অমনা অমদগী য়ায়বা ]

লিনগু শিনবা চৈগুম্বু তেক্কনবা।

[ ফনবা তৌবা থবক অচুনা ঊশাগী অমাঙবসু থোকহল্দবা। ]

লিন - কিরিঙৈদা থৌরী থেংনবা।

[ খঙহৌদনা অকিবা পোৎশক অমা থেংনাথবগী হুংঙাইতনুনা

লৈরিঙৈদা পোৎ অহুপা শকযাম্নবা থেংনবা। ]

লিম্না চিক্তিৄবা মীনা লিনগী হূ খঙবা হৌনদে।

[ মী অমগী অম্না অনা অমসুং লাইখুৎলগী মৈচাক অত্তোপপা অমনা মুম্না খঙবা হৌনদে। ]

লিম্না চৌকপা মীগী হীদাক লৈ ফত্তবা মীগী হীদাক্তি লৈতে।

[ লিম্না চৌকপগুবা লাইনা কম্লানা নাবা মীগী কনবা হীদাক লৈ, মবুক ফত্তবা মীগী কনবা হীদাক্তি লৈতে। ]

লিম্না মথূল চঙলমদাইদা চুম্মি।

[ অম্লানবা কম্না ওাঙ, চুমদবা কম্না তৌহুনা লাকপগী মহৈগী শিগ-নাগদবা মতাঙ মৌয়ক্কবা মতমদা মশা লৌংথোকপা য়াগত্রা নিঙহুনা অচুম্বা হায়বা। ]

লিল্লবোপ্ন কোম শেনবা।

[ অনিঙবা অমসুং অপাম্বা অহু ফংগদবা মকমদা ফংত্রিব কাওবা চৎথোক্কনা লৈবা। ]

লুকোকপা মশেল হীক কাইনবা।

[অম্না অনা তাম্নিম্নবা মশেল য়ারীনহনা মতম লেনবা। ]

লুকোকপদা লেন তাবা।

[ অম্না অনা তাম্নিঙৈদা খুদোং থীবা নংবা। ]

লুখুমগী শেন্না য়াহৌবা।

[ শেল পুথোকপনচিংবা তৌবদা পীকম চাদবা মীনচিংবদা পীকহনা মহুনা থৎননবগী মরম অমা ওইরকপা। ]

লুখ্রা শামু লোইবী।

[ মপুম্নোইবনচিংবা লৈত্রবী মরল-মথুমদি য়াম্না লৈবা হুপী। ]

নুংহোংলমদাইদ্ কোইকোইবা।

[ মরুও-মতম চাত্রবদা শোগে মিঙবা থবক ]।

ন্ংথাক চাবা হোনদে।

[ শোরমলবা মপী নাতোমদা ওঙনুবা অমুক হন্নিমবা হোনদে ]।

ন্ংদ চঙলবা লিনগুম্বা।

[ মতীক মথোনা মায়া লৈবা কন্নিঙবা অমদগী শোঁলিক্তি মচুগী থূদম থোইনা উত্রবা। ]

লেওলোঙ্গদবা থোংথোওনা লেঙ হাইগদবা পাম্বৈনা হাইদ।

[ থবক তৌকম থোকপা মীনা লৈথোক্লবা তোৎনমগা মমীথোইনা লৈনদবা থবক অচু তৌকম থোক্তবনা থবক তৌহনা লৈবা ]।

লৈ য়ুম্বীদা লেক্তুনা লৈবা

[কন্নিঙবা হুংতাইজবা অমদগী অমায়-থোমায়বা থাওহনা চাদ-থক্তনা লৈবা ]।

লৈকাই ফোংগুথোম্না থূবাক কুমোন হবা।

[ মীনা মাগী কত্তনবনচিংবা তৌমে হায়বদি থাদৈশেংলা উত-তাক্লদনা মীনা ভাওন শানবা তারগা শাউবা নত্রগা অদম থুমবা মাথন তৌবা।]

লৈকাই হোৎরবদি থাওজৌ পায়হনা ইল্লু।

[ লৈবাক্তী অমস্থুং লৈকাইগী কামগনী নত্রগা কগনি নিঙহনা মীয়ায়া মানমবা থবক অচু ঊশাগী থোইনা অকায়বা থোক্তুবদি তৌবা মাও। ]

লৈগা চয়াংগা—

[ মাওগী ভুংগী য়েংদনা হৌথিক হৌজিক্তী হংশিনবা ভিমবা অমদুং দুন তৌনবা। ]

লৈগী মনমদি লৈকাঈ লান্দে মীগী মনমদি লৈবাক শীনবনী।

[অকবা থবকী মিংচৎ শন্দোকপদি য়াম্না থীগ্নি কত্তবা থবকী মিংচত্তি য়তম থয়দনা লৈবাক শীনবা থুনা শন্দোকই।]

লৈংিন্দ তেন কাপ্পা।

[তৌরিবা থবক অদুগী অফ-কত্ত মতৌ থত্তনা তৌবা থবক মত্তৌ।]

লৈতুমগা লুক্রাক্না মতাও শারবা।

[মাপী মাগী কান্নবা অময়ম লৈত্তুনা তিন্নবা।]

লৈতোন্দ শরল্প পান্দে।

[চুম্নি নাম্নি থত্তনা ভাওনিত্তবতা ভাত্তবা।]

লৈতোম্না পুকচাক য়াত্তবা।

[মরো মখোন লুংশিনবদগী নংলবদু মচীগ্নাক য়াত্তবা।]

লৈদা তু হোবা।

[য়তম কুইনা নিত্তথিনা চাদ থক্তবা।]

লৈবুত্তনা শন শাবা মো লাউরে।

[মতৌদ মানবা পোত্তনা অশেংবা পোত্তনা তৌবত্তম তৌব হোনদে।]

লৈম য়েংলিউৈদা থুমু কাই।

[কফবা, অপাবা অময়ুং হংভাইবা পোৎ অম্না পূরিত্ত চত্তনা য়েংলিত্তৈদা ঈশাগী কান্নবা অময়ুং ওইজবা মাত্তবা।]

লৈয়ক অমা শৈশক অমা লৈকাই অমা য়াওাত্ত অমা।

[লম লম লৈকাই লৈকাইগী লোনচৎ শাজৎ থেম্নবা লৈ।]

লৈয়ক অমনবা থী কায়নগনু।

[মহৌশা শীজিন্নয়কপা পোৎ অময়ুং তিন্নয়কপা মীয় কান্নরে

থম্মুনা মাঙনবা অমদি কত্তনবা তৌকয়। নোংম কাদোকয় কায়রবা [ য়াম্নি। ]

লৈয়ক অখুবদা দারোগা থেংনবা।

[ লৈখোক লৈশীন য়াদবা অচীনবা মকমদা খুদোং থীবা থোকপা। ]

লৈশৌবুঙনা মভোন কংবা হৌনদে।

[ ঊনাক খুনবমা কনা নংলবস্থ শেমচিংবা থরদি য়াৎপা হৌনদে।]

লোক অমদা কৈ অনি কুনবা।

[ মফম অমত্তদা তোৎনো! তিম্নৌ হায়বা য়াকম থোক্সবা মী অনি পুম্না লৈবা। ]

লোক্তাক ময়াঙ্গীদা থুমহৌ থাধবা ( হৈথবা )।

[পীবা অমম্মুং য়েনবা কোময়োইদবা মকমদা পোৎ থজিক্তং পুথোয়কপা নত্রগা পীরকপা। ]

লৌউবা নচীঙ্গাক' নচা পোকপা নরম্মাই।

[ লৌউবগী থবক্তা অমসুং নচা য়োকপদা মীগী মতেঙ নিদবা ওয়বা হোৎনৌ। ]

লৌউবগী নোংমৈ পেনা শকপগী মুমিদাং বাইরম ইশিংপগী পন্দোন।

[থবক তৌবদা কাম্নকম অমদি চুংতাইকম থঙথিত্রবস্থ মথঙ লৈরি কামরকথিনৌ অমম্মুং চুংতাৎরকাথিনৌ হায়বগী থাজবা লৈবা। ]

লৌবুক্তা কৌ থাউ লাইবক্তা কৌ থাগম্মু।

[ লোউবগী থবক্তি মতম চানা নিয়ম চুমনা লৌকম অত্থ শেম্নগা কৌ থাউ নত্তদুনা মতম চায় চাদে য়েংদনা লাইবক ভবনী

হায়জ্নুা মরু হুক্সিনবনদি মহৈ নিঙথীনা চায়োই।]

লৌরমদাই তেংনা মানবী থাইনরমদাই য়োংমানবী।

[অহানবদা মসিনা মহেক্রে হাংনা থম্লুনা থনথুবা অমম্তুং লৌত্রবা পোংশক অহু পাযনক্তুরে মতমদা মাহুনা মুংইদগী থীরে থনবা।]

লৌরী অনেম্বদা ঈশিং পাই।

[মপানা কিক্তম কত্রগুনা লৈরবা অহুভদা খুদোং চাদবা থোকই।]

লৌক্লংবনা লৌশক খঙই শাক্লঙবনা শাশক খংই।

[ভৌথি ভৌখিবা মী অহুঙনা থবক অহুগী অকুপ্পা মরম খঙই।]

লৌরোম্নবা খংনবা শম্লাউ, য়ুমলোম্নবা খংনবা অঙাঙ।

[শম্লাউ অমম্তুং অঙাঙনা লৌরোম্নবা অমদি য়ুমলোম্নবা খংননবগী মরম ওইর্গনি।]

লৌনীনবনা লোচাদে।

[মথুংমক্রা নারক পাংলক্তগী হানা লৌ ওইবা মানবা হোৎজনরকপা মীনা লৌহুগী মপু ওইগদে।]

লৌফম অকুৎপা য়ুম্ফম অতোওনা।

[অকবদা অকবক্তা থোকপা থবক থৌওং।]

লংকাদা য়াইঙং তাঙবা।

[শেন লৈরবমু লৈগে হায়বদা পাক্ত কংত্রবা পোৎ অমম্তুং পোং মতাঙ।]

# ( ৱ )

ৱাইনগনবা শম্না চীখোঙ কোকই।

[কুন চৈনংনবা মী মশাগী কিত্তম শোয়।]

ৱা থোক্লগা শেল থোকই।

[অত্তাঈ কনবা হায়বহু থোক্লবদি শেল চৈতে হায়বা য়াৱকে।]

ৱাঙাঙ হৈত্তবনা মপা চৈবা শকপা।

[লৈশী লৈখোনবা হৈজবনা চুম্ম ঊহিত্ত তিংনা ভাওনবা ৱাড়-মীনা শাউনবা ৱা ওইনা থোকপা।]

ৱাতোম্না ৱাংলগা কাক্ল ফমদেকই।

[কা হেন্না চাউ:থোকপা অর্মদি নাপন তৌমনবদি অঙবা অমনা নমথমবা হত্তম লাকই।]

ৱামাঙ য়ানবা।

[তুংদা ওইরবা য়াবা ৱা'কয়চিংবা অহু হ:য়া হায়দোকহৌবা!]

ৱারী তাবমথৈ তারগা সিতা কনাগী হুপীনো।

[তৌরিবা থবক্তা পুক্নিঙ চঙদবা মতৌ ফোঙদোয়কপা।]

ৱারী শাহ্লনা চংলগা লম্বী তেল্লী।

[লমশাঙ চংশবা ৱারী শাহ্লনা চংলগা লম্বী চংশগী অৱাবা কাউই।]

ৱাশসু শা লালুপসু কাবা।

[থবকসু তৌবা তৌরিবা থবক অছুগী মীরাসু তাবা।]

( শ )

শক থীবদি লাইনা শাবনী লমচত্তী ঈশানা শেম্বনী।

[হোৱাবিজনা মীনাকনী [illegible]

লাইগী খুৎশেমনী, মরু ওইরিবা শখচৎ হায়বসিমদি ঈশাবা ঈশাগীদমক শেমবা য়াই।]

শরু চাদে মহৈনা চাবনী।

[শক কজবা হায়বসি থাদৈশেংবা পুন্সিগী লেঙবদা শন নত্তো মানা ওবা থবকতি তেনগ্ৰবা মতমনী; পুন্সি চুপ্না লোইনগদবা শন্দি ঈশানা হৈজরিবা মহৈ অদুনি।]

শগোল কাঙজৈ চাবা।

[অয়াবা থবক্তা পোয়ীৎ থঙনা, থবক খুদিঙ ঐগী মীগী নাইদনা নংনবা য়াওহুনা মরম ওরু থবক তৌবা।]

শগোল মাঙ্গৈরম পুঙ্গাউ পুবী হুংশিং মাঙ্গৈরম লশিং কাপ্পী।

[মকম চাদনা তৌবা থবক মত্তৌ।]

শগোল মাঙ্গৈরে সাম্ন মীৎলৈ।

[থাদৈশেংবা থবক অহুদি তৌনিঙদবা, তৌরগা ফজবোইদ্রা নত্রগা শাতথিগদ্রা থদুনা লৈবা অমমুং তৌবা মত্তৌ।]

শগোল হঞ্জিন কৈনা চায়।

[অমুক খুদোংথীবা মংব্রবা থবক নত্রগা মকম অহুদগী ঈশাবু চেকসীনগনী নত্রবদি থরাউ কাওবা য়াওবা য়াই। নত্রগা ঈশাগী মহৌশা অমদি অপাবা শমচৎ শারুৎনচিংবা থঙলগা মপোয়গী মতেঙনা লেকবনা ঐগী মাওনবা লখৌ শেম্মৌ। মরম অহুনা ঈশাগী মহৌশা অমসুং অপাবা লেকবনা থওখিদনবা হোৎনগনী।]

শগোল্না লৌ চারগা ইরোই ফুঙ্গৈ।

[থাদৈশেংনা অয়ানবা অমসুং কজবা তৌবা অহুদা তাইনবা ওমজ্রগা মনাক্তা লৈবা মতু শোনবদা তাইনবা।]

শবিনা মমা নোক্লবা।

[ মাগী অশোয়ববুদি য়েংদনা মীগী অশোয়বা য়েংলুনা নোক্লবা। ]

শঙ্গা হরাই মতোন চাবা।

[ পোৎ তাক শোঁক্লিবা অহুমক্তা মানা তাক্লিবা পোৎ অহু মাতহনবা নক্লপা লৌবা। ]

শঙ্গাই অথৌবনা মথোক ইংপা ওমদে।

[ হৈয় শিংলবা মী অদো মথাগী মথৌ থোক্লবদি পঙথিন্নী, অতোপ্পগী মথেও লৌবা তায়কই। ]

শক্তী লমচংকী মপান ভাংবনী।

[ শক কনবা হাঃবশিদা লমচৎ কনবা হায়বশিন্নু মাওকম থোক্ল-বনী, লমচৎ কনত্রবদি শক কনবগী অর্থ মপুম কাদে, চৌম লমচৎ মাওদবা মাঙথোক্নচিংবতা কনবা মা অহাঁদ মীগী হন্দোইনকম ওইরকই। মমম অহুনা শক কনবা কনবী অংগী থকবা লমচৎ লৈকম থোকই। ]

শভমদা থাদোকপা শগোন।

[ মানা থিব অমসুং ঊকাই থুরবা মীগী মীৎয়েং মথাদা লৈশিনবা হৈদা মমচৎ মতৌ কনবা মী অনতম লৈরবা, মীৎয়েং অহুগী ব্রাংম চেক লাবথিবদা মাগী হৈনকবীদা মনিঙ তমব মী ]

শক্লগী অহন্দী লাইনী।

[ মীয়াম ভিনবদা অহল ওইববু ঊকাই থুমগনী। ]

শান থির ভানী ভান থির্র শানী।

[ মাঙৈকে অনিমকী মী ওইদনা মমক অমগীদু অমগীগু মী শাহুনা লৈবা মী। ]

শানোঙব হিগাঈ।

[ হায়ন তানবা অমত্তা য়াদবা, ওইথোকপা য়ায়মোইদবা মাগী অনিঙব অহুতা তান্নুনা লৈবা মী। ]

শাবন্দ কিব ( পুনবা ) ষন

[ চান-থক্লবা কবি অমত্ত লৈতবা মকথদা মথুক লাম্নবা মীনচিংবা চৎচখিবসু য়াদনা থবা মতৌ। ]

শামু রাক্লম নিংথৌ রাক্লম।

[ কক্লিঙবদা অমুক্তং চংঙাইনখিদরবদমক, লম্মন থুমনিংবগী রাখল মতম পুবদা কাঙবা লৈতনা থনবা। ]

শামূনা ঙাইখঙদে নিংথৌনা ঙাইথিদে।

[ কয়াইবা অচৌ-অপাঙনা মরী-মতা অমসুং ঙাই-শেন থিদে। ]

শামু মথুন্দা পেনা খোংবা।

[ হায়ক-লৎচবনচিংবা তৌক্লদ্রবদসু কাঃম্রবা মহৈ কংক্লবা থবক। ]

শামু ময়া থিন্দোকললক্লবদা মঙ্গে থেঙ্না য়ৈশিনবা য়াদে।

[ মাগী মাগী মতম ওইরক্লনা কোঙদোরক্লবা থবক অমসুং পোৎ, মথৌনা লৈবা কনানসু থিংহুনা থবা য়াদে।]

শামু দষা-ফত্তবা অমা তুবদা হংঙোই দষা ফবা কয়া নল্লি।

[ মীয়ামগী অচৌবা মহোক ওইবা অমনা মানা ফত্তবা থবক তৌক্লবগী মহৈ কত্তহুনা মপা মাঙবা অমসুং শিবনচিংবা থোকক্লবদা মনাক নকপা থোইনা লানথদবা মীশিংসু অবাবা নংবা। ]

শামুগী মপোং ইরোইদ থোনবা।

[ মতীক মপা য়েংদনা পোৎ পুহম্নবা হোৎনবা ]।

শামুনা ময়াও কংলগা ইরোইমুক চাউই।

[ ঈ-াক-কৈরাক থুনবা মীনা কনা লৈত্রবসু লাইরবা অমগুম্মদি নংগে অমসুং থাদে। ]

শামুগী মমাই লা-মুক পাকপদি য়েংব ওম্মী, মীগী নমাই খুবীমুক পাকপদি য়েংবা ওমদে।

[ অংচোবা অমসুং অকনা থবক কয়া লায়না পাঙথোকপা ওম্নবসু মরূপ মপিন্ধা অমদি ময়ী মতাপী থয়মদা থোক্লবদি মথোয়না শাউথিপত্রা অমসুং লুংতাইথিরোইত্রা থনবদগী তোকম থোকপা থবক চপ চানা তৌবা ওমদে। ]

শামুনা তাল্লগা চীওচেপ্ত কৈনা তাল্লগা খারক্তা চেনশিন্নু।

[য়েক্লবনা ঐবু মাওংনগে হোৎনরুকলে হায়বা খঙলবদি মাগী থুবোং থীবা থোকচবা মাথা মকথদা চঙত্বনা ঊপা কয়বা হোৎনৌ। ]

শামু শনিওতোংবা, ওমুল্‌কও চাবা, হীদাক মৈথুম খূনবা, মুপী লখ্রা লৌবা হৌনদে।

[ চান্নী, থকনি অমসুং থবক তৌরি হায়বগী মহাও অমসুং লুংতাইকম থওলরোইদোবনী তোক্লগনু। ]

শিগদবা মকমদি থোওনা থওই।

[ মীওইবনা ঐ কদাইদা, কয়বা মকমদা শিগদগে হায়বসি কনানসু অবেগা থওবা ওমদে ; থওনবা হোৎনবসু অয়েবনী, থওহনবা ওবসু লৈতে, কল্লিওবা থওবা তায়বদি থোওনা থওদবা তাই। ]

শিদ হীদাক মোন থাওনবা।

[ ঈশাবু কনবা শেখী শাবীবা ওবা ঈনাক্তা লৈবা ]

শীত্তোকখ্রবা ভিস হঞ্জিনবা হৌনদে।

[ হায়দোকখ্রবা বা তোংব হৌনদে ।]

শেন্দাও মতৈ মনাও তম্ন হোবা।

[ মত্তৌ মায়, চাকওই থুবওইনা তৌদবা থবক মত্তৌ। ]

শেন্দাওনা লাইনিঙ কল্লগা থম্বাওগাক ওল্লী, থম্বাওচাক্লা লাইনিঙ কল্লগা নোংইন ওল্লী।

[ লাইরবরবসু অচুবা ভাওত্রনা অকবা থবক তৌত্রনা মীয়ামগী থাজবা ফংনবা হোৎনৌ, মীয়ামগী থাজবসু ফংদবাদি শোয়ত্রে মীয়ামগী মকোক ওইবা ]।

শেন্দাও ভম্না ভাবনা চেঙ মচং চায়।

[ থবক তৌবা অমসুং চৎপনচিংবদা থয়া মাঙজোনবা তৌবা অমসুং চৎপনা অকবা মহৈ ফংই। ]

(ব)

ষন অতেবনা য়াইব শক্ল ফংবনী।

[ হুগন চৈগন্দবা মীনা কুয়ক চৈয়ঙবদি মায়া শাখিবনী। ]

ষন অশিবা মনাক্তা লেপ্লগা প্রায়শ্চিত্ত ফংই।

[ কত্তবা থবক তৌবা মকমদা চঙদুবদা কত্তবা মহৈ ফংবা। ]

ষনগী শঙ্গোন লৈতে হুপীগী য়ুম্নাক লৈতে।

[ শমা মাবু দয়কায় লৈবা ঊমুঙদা মাগী শন্দোন ওইবগুম হুপীসু মানবা মতুঙ ইমা মানা ওভঙ্খিবা য়ুমাক অমু মাগী য়ুমাক ওই।]

ষনদি ওল্লগা ফয়কই মীদি ওল্লগা ফয়ক্তে।

[ যন কহবদি, শেমচিংবা থোংছনা অহোম্না অকবা অমা লায়না ওনবা য়াই। উচুও ময়ুংগী মীনচিংবদি যন ওাবহম ওয়বা য়াদবনা হায়দগী হেম্না যবা কংবা য়াই। ]

যন থিবগা নাই থিবগা থেংনবা হৌনশানী।

[ শিনকম হিম্ন ভিম্নবা মশেল হিম্নব অমম্নুং উনবা হায়বসি মহৌশানি। ]

যম্না উম্নোক থোং লানবা উম্নবম্নু উদে খুম্মু।

[ মীম্নায় ওইথোকপা য়ায়ম্নোই হায়না খাজনম্নবা থবক অমম্নুং থৌদোক অহ্ কবিওবা তৌবমম্নুনা উক্কব থোক্নবম্নু উই হায়বগম্নু মীমা খাজম্নোই অমদি ওইদবা ওাওবা তাগনি। ]

যম্নাউ ফাগাওদ য়োম্বা।

[ হুম্নানবগী থবক্তা য়ায়া নিঙাথনা হৈ শিংনবা মী। ]

যম্নাউনা ওমওন থুংদবা।

[ শাওও শাদ কজনা ঢোং চাউম্নবা, পাজলম্নু কহমগনৌ থম্নবা মীতা অম্নুনা থবক তৌথোম্নবপা মতম্নবাদ নিওবীনা ফজনা তৌদবা। ]

যম্বী খুনবদা শম্নাউ য়াওবা।

[ ঊচব চব থবক তৌম্নিবা মী অমা ওইনা উনম্নগা থবক অম্নুগী মহেওনা মীগী মমল য়াথবা পোৎ হুবা। ]

হম্বী লৈজ্ঞীহৈদা হৌদোঙ হাংপা।

[ থবক তৌম্রিঙৈনা, মহৈ কংনিওবদগী ঊপাগী হায় থম্নদং লৈজম্নবা কাম্নবা পোৎনাচংবা মংঙহনবা। ]

## ( স )

সনাগী মহুত্তা য়াইগুংনা শিননা।

[লৈমচবনা অশেংবা পোৎকী মহুত্তা মশক, মতৌ মাম্বা পোৎন শিন্দুনা শাজীম্বা অমম্তুং চৎনবা।]

সেবক্ন গুরুদা লানবাদি কোকপীবা য়াই, গুরুনা সেবক্তা লানবদী কোকপা ঙমত্রে।

[ঈথক খোংবদা লাম্লবদি হায়জরগা কোকপীম্বকপা য়াই, ঈথা থাবদা লানবাদি হায়জক্লম্বসু ঈশাগী ঈকায় খুম্বসু মাঙনবা নঙনা অতৈ কম্বিস্থু নত্তে; মচদা ঙাকপীবা ঙাকপীবগী ব্রাসু লৈত্রে।]

সোরারেন্দা তিন শিংকৎলগা মাঙ্গদ তাই।

[ঐনা ঐগী মী অমম্তুং পোৎনচিংবা মীমাঙদা ৎক্তে শিংদে অমম্তুং কত্তে হায়ত্রুনা চৈ থাংবনচিংবা তৌবাসি ঈশানা ঈশাগী ঈকাইখুম্বা মাঙহনজবতনী।]

স্বর কৈ হায়ত্নুনা লাক্লগা ( চৎলগা ) পোংথাঙ পুবা।

[কাম্বা অমম্তুং ওইজবা কৎবা য়াই হায়না থাজত্রুনা চৎলগা অল্লাবা অমাদি পুদোং থীবা নৎবা।

## ( হ )

হয়েং শিরগা লাইপ্রসাদ খুল্লু।

[শীগে শিংগে অমম্তুং শীরকনী শিংতুকনী হায়বগী থাথা তৌনজনা

লৌথুবা অমসুং পীথুবা পোৎকী মমল । ]

হা ঈতৈ চিবান্দোং ! পেম্ম নঙসু ঐসু পাকসি ।

[ ঈশা কয়নবগী মতম লৈরিবৈদা, পুকচেল চাউহন্দুনা থমলক্লগা থুদোং থীবা তাবক্লবদা চেনকম লৈতরবা পুম্না অম্রাবা নংথিবা । ]

হা উরোক নমাঙসু লাং নকুংসু তেন ।

[ হৌথুবা অমসুং ওইরকপা পুজিদা থুদোং থীবমক লাইরবা ] ।

হাওবম য়াঙ্গৈরোঙ থুংলগা তাওবম মি কাবা ।

[ মরী লৈনদবা মীশিংবক কায়দবনা থাবীবা ] ।

হাও অনেম্বনা তা অশাঙবা পায়বা ।

[ মশাগী মরেপ মঙানগা চানবা মেহদনা পোৎ-চৈ শিজিন্নবা অমসুং পাইবা ] ।

হাওনা য়ুমহোঙ তোঙ্গৈরগা ঈনাক থুল্লি, মৈতৈনা য়ুমহোঙ তোইরগা লাইর তাল্লি ।

[ চৌংথৌশিংনা চৌংগী মমদবদা. লৌ-ইংথোল কোইবদা থুদোং চাবা কংগদবা মকম য়েংহনা য়ুম তোইনা হোংনরম্মী, মহুনা কাম্বনু কংথি । অমগী মীনা য়ুম তোইনা হোংবদি চৌংথৌগী থুদোংচাবা অয়ুক্কনু কংনখিবনা হায়রা থমদং শেকসং শাগৎলবা অহুকাও মাঙথিহনা লাইরনবগী মরম ওইথি । ]

হাওশম শেগাঙ্গৈবদা কুমনা নম্বা ।

[ লৈরিবথৈ পঙচাদ চাবা, চারিবথৈ থবনু নাইদবা চাকচ-ইথক । ]

হাকজবদা থুং থাজীনবা ।

[ পামজহনা লৈরবা থকতা অথিঙবা লৈত্রবা । ]

হায়েঙগী বা লোইঙ্গ্রিবৈদা য়াউগী বা হৌবা।

[ মাকম অমা থম্বা লোইঙ্গ্রিবৈদা অতোপ্পা মাকম অমা থম্নবা তৌদোয়কপা। ]

হি অনী তোংবা করাঙ শেগাঙ্গ।

[ নখোয় অমসুং হৌরম ঙম্মদবা থবক অনী পুম্না তৌরবদি মুদোংবীবা নংই।]

হিজাউনা হিরুপ্পা।

[ কত্তবা থবকনচিংবা তৌরকনানিঙদবনা তৌরকপা ]।

হি থুংলমদাই হিরাকপা।

[ মতম শাংনা তৌরকপা থবক্তা অকায়-অতোই থোকলক্লগা লোইনদবা থরক্তা ঙাইরবা মতমদা কত্তবা থোদোক থোকপা। ]

হিংচাবীনা শরী শোনবা।

[ অমুক্তা অচুবা তৌরকুবা অমসুং অচুবা ঙাওলকুবনা অচুবা তৌরনী অচুবা ঙাওলনী হায়না খাজহনবা। ]

হীয়াঙ তাম্নরিবৈদা তুম্বাগী শেন থৌবা।

[ মকম অমসুং মতম চায়-চাদে য়েংদনা অপাবা নত্রগা অনিঙবয় কোঙদোক্লনা বা ঙাঙবা। ]

হুঁ না খোয়দোব্রানী হায়সঃ না থাঙলোম্নী।

[ বানি হায়রম্না বাহেক-য়াথুন ভিয়বা নত্তে ঙাঙনিঙঙকপদা পঙতাও ঙাঙনয় ; মাকম অহু ভাব ভানা মরম থঙলগা ঙাঙউ। ]

হুই নৈবদা য়েন থোংবা।

[ চুরণী থবক অমা তৌবিরবদা তৌবিরবিব থবক অহুপী মতীক চাবা মমশ্নগী হেনবা পোৎ অমা অমুক পোৎহাপ ওইনা পীবা ভাবা। ]

হূইনাওবী মচা চান্নগা লৈতোল লেকই।

[ অপঙববু হেনমন্না নুনা-চান্না তৌরুববদা, মীমাঙ পোযাঙ নাইদনা, তৌবা যাই যাদে অমসুং ভাওবা যাই-যাদে খঙদনা ভাঙভক তৌরক্লুনা ঈশাগী মাঙনবা ওইনা খোকনৈ। ]

হূই চানী হন্নাওরগা হুইগং তৎপা।

[ কান্নবা অমসুং ওইজবা ফংলগনি থন্দুনা লুংঙাইরুরগা ফংদহুনা তোকপা। ]

হূইবু দোলাই তোংহল্লগা থীগং উরগা চোংখবা।

[ ফত্তবা অমদি চুমদবা লমচৎ চৎপদ্ মাগী লমচৎ অদু চুমথোক-পাওনা মীয়ামগা ভিন্নজহনা লুংঙাইনা লৈজবা ফংজরবদা, মাগী তান্নগী লমচৎ অদু অমুক নিঙ্গ্শিংলক্লুনা চৎচখিবা। ]

হূপ্প থম্বালগা মরুপ ওইরুবদগী লাইগীকোকথক য়োই।

[ মতাক মগুন থোইনা লৈজদবা অমা ওইরবস্ত্র অকবা মরুপ শঙ ভিন্নববদি চাওখৎপা খুতম ফংবা ঙম্মী। ]

হূরানবা নকোক নাপী পক্লে।

[ মশানা অন্নানবা খবক তৌরুবা অদু মশানা ফোঙদোকচন্নকপা।]

হূরানবা মতুং মৈরিঙবা।

[ অমাঙবা থোকখ্রবা তুংদা চেকশিনবা। ]

হূরাল্লিভৈদা কাদে পোংথেম্নবদা ফাঙ্গৈ।

[ পূকচেন থোইংজন শিন্ননা খবক তৌরিভৈদা অতোপপা মীনা তৌরিবা খবক অহূগী অফ-ফত্ত অমসুং অচুম্-অন্নান নিংথৌনা খঙবা ঙমদে। খবক অহূগী মতৈ তৌখিন্নবীবাশিংনা

য়েম্রকপদা হেন্না হেন্না পান্নরকপদগী থৎনচৈনবা থোকলম্লবা মতম অহুনদি মমাঙগী কত্তবা অমদি চুমদবশিং অহু অতোপপা মীনা লাইনা থগুবা ওমলে। ]

হোই লাউবনা ওম্বাংই ত্রৈ লাউবনা থোন্দানৈ।

[ থবক তৌবদা পুকচেল মান্ননা অমগা অমগা তেংবাঙনহনা তৌর-বতদা থবক থুনা লোই। নত্তহনা ইনখিনবা অমসুং থোজানবত্তনদি থোন্দ তাহনা :তাকই। ]

হৌদোঙ ভক্তি ম্নোং শেবা।

[ তৌদে হায়নি হায়হনা যাম্ন তৌনিঙ তৌনিঙদনা তৌবা থবক। ]

হৌখিব ঙা চাউই।

[ হৌপ্রবা থবক্কী অক-ফত্তগী মরমদা কুইন নৈনহনা পোইনা কামদে। হৌজিক্কী অমসুং তুংগী ফনবনা হেন্ন মক্ক ওই। ]

হৌদোঙ তূমীন নৈবনা চক্ ওম্বা।:

[ হায়দোক তৌথোরকদবা মতৌ মান্দবা মীনা থবক তৌরকপা অমসুং ব্র ঙাঙলকপা।

হৌদোং শরীক থাংবা।

[ লোম্ন-থুপ্ন থবক তৌবা য়াদবা অমসুং তৌদবা মী ]।

হৌন এঙ্গাঙ।

[ থবক হৌবত ঙাঈন্নীঙৈদা থোকলকপা অবা-হুংঙাইগী থোদোক ]।

---

লোইরবা।